নংফম—রেদা প্রেস কৈশামথোং বজার

ফোংজবা—জোনেভ, প্রোপাইটর—রেদা প্রেস কৈশামথোং

অহানবা ফোংবা—

কোপী মশি



মমল—লুপা

মখুম য়েকপা—ছত্রজিৎ খুমনচা

লাইরিক অসিদগী করিগুম্বা শরুক অমা কনাগুম্বনা লৌথোকপা তারবদি অইদীদগী অয়াবা লৌবীগদবনি ।

# "খুদোলজবা"

হে পান্থ।—
লৈচিল পোমায় হাইগৎপিরো
খুংগোম শাংনা তিংথোকপিরো
মিংশ্রী নিংয়েং তানিরো,
থম্মোই ইবোল ইবাওখোল
রাখল লংজিন খুংশন্না
লানথোক্লিবা ঐগী "মারনবু নিংশিংনুবদা"
পাংগী লমন কোকচাগে
লৌশিং মেরা হাঙ্গীয়ু
কংলরিদা লৈচন
লংনদনা লৌনিয়ু। —

# ৱাহৈ খন্নদং

পৃথিবীদা মুমিং, থা অমসুং থবানমিচাক লেংদনা থোক্লি। হৈপাল-লৈপাল মক্কম অমসুং মতম মাইনা হৌরি। তাইবং মপুনা অচান-মীরাই খায়দনা মক্কম মতমগী চান-চানবা য়েংদুনা মীওইবা জাতিগী মুংঙাইনবা শিনবিরি। অদুবু তাইবং মীওইবগী ৱাখল মিংয়েং খেন্নবা মতুংইন্না চপ মান্নবা পোৎশকতো মক্কম, মতম অমসুং মীওই মান্নদবমা পোৎকী মওং মতৌ তোঙানলে। অমদা ফজবা অদু অতোপ্পদা থিবা য়াই অদুগা অমদা থিবা অদু অতোপ্পা অদুদা ফজবা ওইবসু য়ারি। পোৎকী মশাগী ওইজবা মশুন নত্তবা মীওইবগী ৱাখল পুক্লিংনা পোৎকী মশুন লেপ্লমু লৈরি। অদুনা ঐগীসু ময়ামদগী খর তোপ্পা ৱাখল লৈজে। ৱাখল খরদু ময়ামগী মক্কমদা উৎচনবগীদমক 'মীরমবু নিংশিংলুবদা' হায়বা লাইরিক অসি ইজবনি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱাহৈ ৱাতা অসি লৈসি লৈথোল কয়া য়াওজদে, চুম্না পাউ তমজবগী মওংদা ইজবনি। ঐগী পাউদম খরসি মতম ঙহাক্তং কায়থোক-পিদুনা তাবিরবদি নোমজমনগী মহৈ খজিক্তং ফংজরে খনজগনি।

অইবী

# চংলমদাযগী শেম শাপা.

মীওইবনা খল্লি. 'ঐ অসে পৃথিবী অস্মিদা পোকপনি'। পৃথিবীগী মকম খুদিংমক খণ্ডশিংই উনিংই। চাওখৎলে হায়রিবা লৈবাকশিং লাইরিক্তা অমদি খবর কাগজদা কয়া পাররবসু ইশামক চত্তুনা মফমশিং অদু হেংনিংবা পোকই মতুংগীদমক লাংতক্কবা মীওইবগী হৌনশানি। বাখল অসিমক ঐগীসু লৈজরম্মী মতম কুইনদগী নিংহুনা, অমুক্তং চাওখংলে হায়নরিবা ইউরোপকী লৈবাকশিং উনিংঙমই, চংনিংঙমই। অসিগুম্বা বাখল অসি থবক ওইনা পাংথোক্কবগী মরু হুনখি খংহৌদনা ১৯৮০ গী জুলাই তাং ১৫ দা All India Womens' Conference গী hostel দা লৈরিবৈদা ইচে সরোজিনিনা হায়রখি ঐভোন্দা "নহাক Russia অমদি অতৈ ইউরোপকী লৈবাকশিংদা কোয়বা চংনিংলবদি হয়েং Greater Kailash দা লৈবা Rachna গীদা লাকউ শোইদনা" জুলাই তাং ১৭ দা N/256 Greater Kailash তা চংলে Rachna হায়বা Tripura গী নিংথৌ মচানুপীনা All India Federation for Professional, Business and Women Social Worker Eastern Zone গী president নি। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রে — "নহাক Manipur Branch কী member ওইবরা?" ঐদি মতম অদুদা ওইরমদে। হায়বগীদি ইচে সরোজিনিনা মমাংদৈদগী হায়তুনা লাকই — অদুনা ঐহাক All India Federation for Professional, Business and Women

social worker হায়রিবা organisation অদিদা direct ওইনা লুপা ২৫/- পিরগা Life member অমা ওইরে। মী কয়া চংকদবনো, কয়গী ভাং কয়াদা চংকদবনো হায়বতুগী মরমদা চাওহাকপা অমা থওরী ওমখে। হায়া চংকদবা মীওই খুদিংমক লুপা লিশিং অমাগী deposit তৌনরে। Pass—port size গী photo copy ২০ অমত্থু থোরাং তৌরে। Pass-port and visa লৌনবগীদমক্তা মরকায় লৈবা form মচিংবা পুন্নমক মেনশিন-খোংচিনবা লোইরগা ঐহাক ইম্ফালদা কয়কলে। চংকদবা মতমদি কোক্লবা হায়রকনি হায়বা Rachnadidi না হায়বিরকই। মীরৈ-বাক্তা চংপসি হেক্তা চংপা য়াবদি ওইরে - Home Department না অয়াবা চে পি মহুগী মতুং ইন্না police verification হায়রবদি মীশক অচু চুমত্রা চুমদত্রা হায়বসি য়ুমদা police লাক্নুনা হংলে।

১৯৮০ গী সেপ্তেম্বর থাগী হৌরকপদা রচনা দেবীদগী দিল্লিদা লাকখবগীদমক Telegram অমা ফংখি। মহুগী মতুং ইন্না দিল্লিদা চংলে। দিল্লি য়োরবা মতুংদা ঐখোয় চংকদবা মীওইশিং অচু কনা কনানো হায়বদো থওখি অমসুং উরখি। অসাম, মেঘালয়া ত্রিপুরা অমসুং মনিপুরদগী ঐখোয় অনি, Annette Silthou অমসুং ঐহাক নুপী ২৩ অমসুং নুপা অহুম অস্নুন্না মী ২৫ না শাবা Team অমা ওইখি। হংচিং চংকনি হায়বতুগী নিনি বাংলিচৈদা রচনা দেবীনা চংকদোরিবা ময়াম অচুবু শক খঙনবা ওইনা International Youth Hostel, Chanakyapuri দা reception অমা পি, অস্নুন্না ঐখোয় অয়াম্বা অমগা খঙনরে।

নুরিং অহুদা শাড়ী লেংগী বোরকী শম ককপী শকতাদি নেপালী নরক্সা মৈতৈ মানবী অমা য়াওরম্বী, ঐসু মায়ু অমুম য়েংই নেপালী ওইরমগদৌরোক নিংই কাওরবা মতমগী শকওই . অমসু মায়বক্তম তৌই কৌগদবস্থ কোবা ভয়ে পুক্লিংদা থনচুমা অমুম লৈরে। অসিগুম্বা মীওইবগী পুক্লিংদা মতম অমদা থেংনখিবা ঃসুং ওংনখিবা মীগী মীওই মীতৌ অসি মতমনা মকমবা ফিকেৎনা চিংচুন চৎলবসু মহুগী মসি অহুম্মক ভাহুনা হেক হেক লৈহৌই। অমুম্বা থরিভে ভাঙ্গা অসিদা ভসাইগী শাড়ী লেংপী মৈতৈ চমু মানবী অহুমা ঐহোন্দা ইময়োন্দা হংলকখি — “ মনিপুরদগী মৈতৈ নত্তরা ? ” মায়ু ঐভুমা খল্লমবা জাৎ ওইরমারে। ঐনা “ মাসি খুমথি ”— অহুদগী হংনচুনা থভলে অমুম রারী শায়গদি, ঐনা নিংশিংলক্রে ঐন। য়াম্মা মুমা থঙখিবা থভবচুনা তিনরুদি মতুবা কৈশামপাংকী ইচে জমুনা ওইরম্রে। ঐনা থঙখি মহাক দিল্লিদা B.Sc. Nursing তমখি। সিদ্ধি ঠিকাদার অমদা ভংথ্রে হায়না তাখিবদু ওইরম্রে। ঐনা ভক্কাম্মা স্কুলদা ভল্লিবৈদো উথিবদি ময়াং ইকং কংবী ফনেক কোয়প লেংপী অহুনি। অভাং ওইরিভে রানি, হৌজিক্সা অহেংবা অমা ওইরমচুনা হেক উবদা থঙখিদবদাসি। মাগী মচাহুপী “ লতা ” কৌবী অমসু য়াওরক্রে। কনা মুংভাইরে—মখোয় থেংনবা লোল তিন্নদবশিং মরক্তা লোল কজনা থংনবা মীশক অমদি য়াওরেদনা, Annette সু মনিপুরীনি, মহাক চংকান হায়বসু ঐ নুমিংতুদা থৎই। মহাক্তি ইম্ফালদগী য়োরক্তি হায়চুনা Reception অহু য়াওদ্রে। হয়েং মহাক য়োরকনি হায়রে। মথংগী নুমিং পুংফিলদ

য়চনাগী ময়ুম N/256 Greater Kailash দা চৎকদবা মী পুম্নমক পুম্লে Holiday Maker হাযবা দিল্লিগী Travel Agency অমনা হন্দক্নী মীয়মলেনগী খোংচৎ অসি শিনবশি হায়বা ন্নুমিৎ অতুদা থংলে। চৎকদবা ঐখোয় খুদিংমক্না Pass-port book অমসুং visa নচিংবা ঙম্না য়েম্ন্নোকলে Holiday Maker থাবা Plastic কী Bag অমমমসু পিরে, ঐখোয় পুম্নমক অমগা অমগা বারী শান্নরে, খঙনরে আসামদগীনি অয়াম্বা মীওইদি মেঘালয়দগী খর অমসুং মনিপুরদগীদি ঐখোয় অনিদমক ওইরে। ঐখোয়না Dollar ২০০ দগী হেন্না পুবা য়াদে হায়না থঙহন্নে।

ওক্টোবরগী তাং ১৩ পুং ৩ তাবদা শ্রীঅরবিন্দ আশ্রমদগী Auto Rickshaw অমা তোংদুনা Palam Airport তা চংলে। Palam Airport দা Foreign Exchange গী S.B.I গী Counter অমা লৈ, মতুদগী লুপা ১৯০ গী পাউণ্ড ১০ খক্না ওন্নোকনরে। পুং ৪ তাবদগী custom গী checking হৌরে। ঐখোয়গী ইরম ভারত্তা চথোক চৎশিন চৎপদদি Security Enclosure দা হেক চংবনি অতুবু মীয়মদা চৎপদগী Custom গী মীওইশিংনা অমমম ওইনা চেক তৌবা হৌরে। মফম অমতাক নত্তে, মফম অতুমনি চেক তৌরিবা। অদুগী মতুংদা Security Enclosure দা চংলে। অসুম্না check তৌবা লোইরবা মতুংদা ইন্দিয়াগী মতমদা পুং ৬ মিনিট ৩ দা AIR INDIA BOEING JET PLANE অতু MOSCOW গীদমক অতিয়াদা পায়খৎখি। পুংথায়মুক লৈরগা AIR HOSTESS অমনা মথুত্তা চেজেৎ অমিথক অমসুং pencil

অমা পায়রদুনা Plane অদুদা তোংলিবা মী খুদিংমক্তা হংই। করিগীনো হায়বদা হিদাক (য়ু) থক্কেরা হংবা ওইরম্লে — থকনিংবা মীনা পৈশা পিরগা থকমবা ঙাংনি। ঐখোয়গা চংমিন্নবী নুপী থরসু থকপা য়াওই। Plane অদু করিমতা লেংদবগুম তৌই – সিনেমা হোলদা ফমবগা অক্কানি। অসিগুম্না পুং ৫রোম অতিয়াদা পায়রবা মতুংদা মৈগী মৈঙাল পরেং পরেং উরকখি— ঐসু নিংই Moscow য়োরককমাল্লে হায়নবক্লে য়োরক্লে হায়দুনা অতিয়াদগী য়েংথরবপদা ফবা নিংথিজনা মজৈ মথল - মথেলগী মচুগী মৈমি পরেং পরেং অতিয়াদা থরানমিচাক পরেং পরেং থোকপগী পাংথকনি কবিকা ওইরম্লবাদ ফজনা ইহোৱা য়াবনি অদুবু ঐদি হৈতে থম্মোয়দদি কাওই ফজবা অদু হৌজিকসু য়াখলগী মিংনা উবগুম তৌরি অসিগুম্না মৈগী পরেং উদুনা অতিয়াদা পায়দুনা চংপসি পুং অমদি হেল্লি অদুনদি কয়া পাক - চাওনা শন্দোকপা সহরনো মোস্কো হায়বদু অদুম য়াখলনা লাম্বা য়ারে। মেস্কোদা থুংবদা মফম অদুগী মতমদা পুং ৯ মিনিট ৪৭ তারে-ঘড়ী শেমদোক্লরে। পুন্না Palam Airport তগী Moscow Airport য়োবসি Aeroplane না পুং ৬ চংলে। সুমিদাং ওইবনা Airport অদু উনরাইমুক চিকই — চেক মোক লাওদৈ মখোয়গী মীশিং অদু মথৌ তৌদুনদি লৈবা ঙাংনি। ঐখোয়না plane গী মনুংদগী অদুম চংজ্ঞনা Airport কী waiting hall অদুম য়োরে লৈবাক্তা কুমদুনা চংপা ঙাং নত্তে। ওহাক পোথারগা অচৌবা হোল অমদা অমুক লাম্থোকপা তারে। ঐখোয় ঐখোয়গী পোংশিং অদু ইশা ইশানা পুজৈ জারক কুপ্পা

কুলি নচিংবা লৈতে শোং পুহুনা মকম অয়দগী অমদা লানশিনবা মতমদা রংথংবা ফম্পাক অমা কাহুনা চংলি মহৃদা custom গী চেক তৌবগী থবক অদু Machine না অহুম তৌজরে। ভোরোক ভৌবা বাং চাওবা ফি অমুবা শেংপা গার্ডকী মাওইশিং অহুনা চংলিবা ঐখোয়শিংবু চেক তৌই পাস পোটত য়াওরবা কোটো অদুগা নীশক্কা মাননবা হায়তুনা য়াম্না মুম্না য়েংই, মেঘালয়দগী ইমাম্নবী অমদি মশক অদু খর মায়কাংত্রে মংাক রাবদগী ওইরম্বা য়াই য়াম্না। চোকথনা উরে মঙোন্দা অমুক য়েং, ফোটোদা অমুক য়েং কনা য়াম্না কুইনা চংলে, কারি তৌরবগে হংলুবদা নুপাদো পুমলক্কে, মমিংতমক য়েংই নুপী অদুগী ফোটোদা অনোক য়াওদবননি মীশক অমতনি হায়তুনা হায়রবদা মাম্নমাম্লে য়ারে মহাক অদু চংহনখ্রে। মখোয় রুমিয়ামশিং রা কয়া ডাংবা মীওইদি নত্তে থবক্তামক অদুম তৌবা জাংনি। চেক তৌবা লোইরবা মতুংদা মিংশেলথোং ডাক্কো পানবা চাওরবা হোল অহুদা ঐখোয় পুম্নমকনা টেবলগুম্ম হুরু হুরু লৈবা য়াবা অয়ুংবা টেবল ময়াইদনা অনম্বা চেশিং হাম্না কয়ামুক লৈরিবা অদুদগী চে অমমম পায়দুনা ঐ ঐনা য়াওরকপা শেল থুম সনা লুপা মশিংশিং ভম্নমক ইশিল্লগা পুনশিল্লে অদুগা ঐখোয়গী গাইড অহুদা শিরে। থবকশিং অসি লোইরগা ঐখোয় ভম্নমক পুম্না ইপোংশিং অদু ইশা ইশামা পুহুনা মপাল থোরক্লে। মপান্দা হরাগাড়ী ডায়দুনা লৈরমলে। মোস্কোদগী গাইড নুপা অমস্থু য়াওরম্বী হান্না ঐখোয় লাকশি হায়বসি ইগ্রবা জাংনি। ঐখোয় পুম্নমক ইন্তরমেসনলেল-যুথ হোটেলদা চংলে। নোংঙালগা Break-

fast চারগা মোস্কো সিটি য়েংবা গাড়ীনা চংলে, ঐখোয়না চংপা মতম অদুদা শোক্কো অসি ফনা ফজনা ইংলে - নোংম্ন থিংলি থিংলি তাদুনা অয়াম্বা মতমদা লৈবক্তা তৌই। সিটি অসি য়েংবদা পুক্রিং ওল্লি য়াম্না পাক চাওনা উই, স্বর্গ শায়বদু অসিগুমলিদরা হায়না পুক্রিংদা ফাওবগুম তৌই মী ফমফম লিশিং তরা হেল্লা চনবা শোক ১৯৮০ দা পৃথিবী ওলেম্পীক তৌখিবা শান্নবুং ( stadium ) অদু ফজৈ নাকন অমদগী নাকন অমরোমদা য়েংবদা য়াম্না তাম্না উই মদুদা অইং - অশা নাইদনা ইরোইদুনা শান্নবা swimming pool লৈ মদুগী ঈশিং অদু ইংথবথাদসু ইংদে - কালেম্বাদসু শাদে অঙ্গম্বা ঐখোয়গী গাইড অদুনা হায়।

মোস্কো ষ্টেট ইউনিভর্সিটি য়েংলুই, কেম্পস অদু য়াম্না চাওই ঐখোয়না অয়ুক পুংখাই থক্তুংদা মপানগী অকোয়বদা য়েংবা অদুবদি পুক্রিংগী অপেনবনি ওইখিদে। অদুবু বাবী শাবগী পাউ ওইদ্রা তাবনি ছাত্রলিশিং কুন্থারোমনা পৃথিবীগী অতোপ অতোপ্পা মফমদগী, দেশশিংদগী লাক্লগা মতৈ তম্মী হায়। বিষয়শিং কয়াক্তুম তম্বা য়াই হায়। মোস্কোদা য়েংবা য়াবা মফম অমনা অঙাং- শিংগীদমক্তা ওইবা Pioneers' Palace নি, অঙকপা অঙাং শেমুবগী থোরাংনি, মদুদগী থোকয়কপা অঙাংনা শিংলোইদৌবগী মরম লৈতে। Soviet Union গী মোস্কোদা লৈবা অঙাং খুদিংমক Pioneers' Palace কী মেম্বরনি। ঐখোয়গী খোংচৎ অদু অক্তর- জাতিগী ওইবা মওং অমা ওইবনা কম্বিত্তি আক সোভিয়েট উইমেনপা উন্নদুনা বাবী বাতাই শাবগী তাঙ্গা ফংখি। মখোয়গী মুগী অম্বাম্বা

রাং চাউই, মশা মউ কৈ, চংপা খোংপা মতমদা য়াম্না থুনা থুনা চত্লি, মাগী মাগী মথৌদা পুনিং চংবা মীতা ওক্লা ওইনা উই। মখোয় অমাম্বা ইংরাজী খঙদে অখঙবা অমা অমিনা রায়ী শাবা অদুগী অর্থ হল্লি। ঐখোয়গী বাংবুদি ইংরাজীদা রা ঙাংই। মখোয়না ইন্দিয়াদা ওইরিবা নুপীগী যিভমগী মরমদা রা কয়ামরুম হংই, ঐখোয়নসু মখোয়গী মরমদা হংই। অদুমনা উনগদ্রি থল্লুদবা মীওইশিং উরম্বুনা রায়ী শাবদা পুক্রিংদা সুংঙাইবা অপেনবা কয়া ফাওই। রুশিয়া হায়রিবা লৈবাক অসিদা মহৈ হৈতবগী রাক্‌ম লৈতে, থবক ফংদবগী রাক্‌ম লৈতে, মীশিং হেমগৎপগী রাদি থঙনদে। অদুবু মপাল থোক্লুনা থবক তৌবীশিংগীদি সমস্যা খরদি লৈ, অদুবু মদু মক্ষিক চানা থোরাং তৌবনা লৈতবগা অক্মানি। মখোয়গী অঙাংশিংগী creche & নুপীশিংগী cultural programme কয়ামরুম থবক মক্ষমশিংদা লৈ। নুপীশিং অসি খুঙ্গংদসু অদুম থাদুনা থবক তৌহল্লি, নুপীনা মথক মথেলগী কমদা থবক তৌরি মখোয়গী চাংচৎতা ওইবা মওং মখংদা উৎলি —

| | |
|---|---|
| National Economy | 51% |
| Engineer | 25% |
| Agriculture | 25% |
| Medicine | 70% |
| Teachers | 63% |
| Lawyer | 33% |
| Social Politics | 51% |
| Politics | 25% |
| Trade Union | |
| Young committee Leaders | 50% |

রুশিয়াগী নুপীশিংদি অচৌ ওচৌবা কম পায়ল্লনা লৈবাকী কারেন থৌদাদা মপুংফাবা শরুক য়াই। তোঙান তোঙানবা থাক্তা শেম্বা Parliament দা নুপীগী মীছুং মতিক চানা য়াওই। অঙাং মচাশিংগী মহৈ তম্বাগী লমদা রুশিয়াদি য়াম্না খুমাং চাওশিনলে। অঙাং মিশিংন ১৪ (তরামরি) Pre-school দা তমলি হায়। Pre school Establiment অসি ১০০ গী মপুংদা ৮০% দি সরকারনা লিংখৎলি লেমহৌবা ২০% না মমা-মপাশিংগী মাইকৈদগী লিংখৎপনি। থোংবা থাকপা য়াওদনা হেক্তা চ্চোরগা চাবা য়াবা পোৎচৈ অচা অথকতা য়োমবগী থোইদোকপা তুকানশিং রুশিয়াদা লৈ। মুংখিলগী চাকলেনদি অফিসতা, স্কুল কলেজদা, কারখানাদা ১সুং অতৈ থবক শুক্রমশিংদা অতুম লৈরে মতুগী দমক বরিস্থ রানিংঙাই লৈতে। পৈশাস্থ অতাবা মমলদা পিনৈ। মরমদি সরকারনা প্রজাগীদমক্তা শিনবিবনি। নুপীশিং অসি চহি ১৭/১৮ দা লুহোংবা য়ারে। লুহোংবা খুদিংমক সরকারনা লিংবা লোইশংশিংদা Register তৌই। হিংবগী মওং অসি সহরদদি মী মশা মশাগী তোঙান তোঙানবা ইমুংনা অয়াম্বা ওইনা তৌই অতুগা খুঙ্গংদদি অপুনবা ইমুং (Joint family) কয়ামরুম লৈরি হায়না হায়। The Soviet Women Committee হায়বা organisation অসিনা নুপীশিংগী খুইদগী চাউবা সংস্থানমি। মখোয়গী Head office দি 6, NEMIROVICH DANCHENKO, STR, MOSCOW 103009 USSR নি। অদুগী মথংদা Soviet India Friendship Society গী Building দা ঐখোয় বয়াম চংলে হায়রিবা Society

অসি ১৯৫২ দা লিংখৎপনি হায়। Society অসি মতম কুইরবা চিংলেনরলবা নিংথিজরবা Building অমদা লৈ। সনাগী ক, লুপাগী কা, মিটিং তৌফম ক। মখল মখেলগী কাশিং লৈ। খুৎশা হৈবা অমদি পুক্লিং তপ্পগী মওংনা মুম অতুগী শক্তমনি। নিল খোংদবা, মাগী মাগী মখো ফমজুনা ত্তৌবা, মীনা খজিংজুনা হংবা বাদগী হেন্না খুমদনা, মশাগী অমদি মীগী মতম মাংহনদবা, মতমগী মমল খঙনা শিজিনবগী মওং Soviet মীওইশিংদা উবা ফংই।

Soviet Indian Friendship Society অসি মশা ৭০ খক Soviet Union গী তোতাম তোজানবা মফমদা লৈ হায়না General Secretary না হায়। Society অসিগী farms, schools, Higher Education Research Institutions, Law commision Women commision. Science commission শিং লৈ। হায়রিবাশিং অসিগী counter-part শিং ভারতস্থ লৈ। হায়জুনা তাকপীরকই। শোক ১৯৫৮ দগী হৌনা রুশিয়া অমস্থং ভারতকী মরক্তা চহি ৫/৫ খুদিংগী Conference অমুক অমুক তৌই হায়দুনস্থ ঐখোয়দা খঙহল্লকই। মথংগী নুমিত অয়ুকী চা থকলগা Lenin Memorial য়েংবা চংলি। কিলোঃ মিঃ ২ রোম শাংনা মীয়াম্না পরেং পরেং লেংজুনা হাম্না চৎনরমলে। চাওরবা পার্ক অমদা হান্না চঙই, মীয়াম পরেংদা ঐখোয় ময়ামস্থ য়াওশিল্লে, থল্লি, পুক্লিংদা করিনো অশুক য়াম্না মী লাক্লিবা অসিবু মশা নাম্লবা uniform কজনা শেৎপা রুশিয়াগী Police না মফম মফমদা চায়না চায়না লেপ্পুনা লৈ, কনাগুম্বা অমত্তস্থ মীয়াম পরেংগী

বাংমদা চংত্তে। চাউরবা চেকতনা থাবা লনপাকান মচুগী মনাংদা চাউরবা শুং চেককী দলাললি। উ পরেং পরেং হৌরিবা পার্ক অদু লাম্থোকলগা মীয়াম পরেং অদু থেক্নুনা অচৌবা দলালগী মথা থংবা মাইকৈদা চংলি লম্বী ময়া অদু নিংথিজনা শেম-শাবা লৈ পরেংশিং অমদি লৈতনা লৈতেংচুনা থমলি মচুগী ময়াইদা মৈরি থোকনা মৈ হৌরি। সঙ্গীদশিংগী নিংশিং খুদম ওইরে। মচু লাম্থোক্লগা মীয়াম পরেং অমুক থেক্নুনা চংলে কনা অমত্তা বা ঙাংদে ঐখোয়দা থর থরাদ য়েংলকই শক মাম্নদবদুদা থগুনিংচুনা য়েংবা মালি। থগুলমগদবা মালি, "ঐখোয় ভারতবাসিনি" হায়বা কমিনা ভারতকা রুশিয়াগাদি থর তোয়রপ উম্নবগুম তোবা মালে নিংই। পাকগ্রবা লম্পাক অদু কল্লবা চাওরবা অমুবা নুংতনা থাবনি লৈপাক লৈখোম পোকপা উদে। লাইরেল মথেক থেকপগুম পরেং অনি অদুম মরি থোকনা কোয়রগা থাজিন্দুনা থমলিবা কা অমদা চংলে। শেংলবা কা অদুদা নিংথিজরবা ফমুংগী মথক্তা মখুং নাম চেপলগা থাংগৎলগা লোংনা হিপ্তুনা ইতেক তেকলিবা (Lenin) অদু লৈরি হৌগৎলগা কোরকদবা মালি। মাইকৈ মরিদা মপুংফানা ফজনা ফিজেৎ লৈতেংলবা খুলাই (লোংমৈ) নিংথিজনা পায়বা সিফাই ম'রনা রুশিয়াগী মী অথোইবা লুচিংবা অদুগী হকচাং অদুবু থোগল তৌরি। পুক্নিংদা তুজুংবা অমদি নুংশিবা কাওই অমসুং থল্লি কয়াদা ব্যবহার ফকপ্রব। অমদি মখোয়গী লুচিংবদু অমুক য়াম্না ইকায় খুম্নবা জাতি অমা ওইনা রুসিয়ানশিং অসে, মখোয়গী থকশি-খাসি মায়বা মতৌ অাস তমজনিংগাইনি। মীওইবগী জাতি অমা চাওখংশদা থকশি-খাসি

নায়বা মথক থোংবা লুচিংববু ইকায় খুম্নবা হায়বসি তঙাইফদনা চংদ্রবা য়াদ্রবা পোৎচংনি হায়বদু রুশিয়ানশিংনা ফজনা উৎলি।

মথংগী নুমিত্তা অয়ুক চানচিংবা থকপা-চাবা লোয়রগা ঐখোয়গী গাইড অদু লাকলে। পৃথিবীদা ফাওরবা Russia Railway Metro System দা train তোংদুনা মোস্কো কোয়বা তারি। Bus অমা লাকলে মদুদা তোংখৎলে। নোংমু তাই। ভারত্তা নিংথিজনা উবা শংবাম্বা অতিয়া অদু ওক্টোবর থাগী থামৈদা রুশিয়াগী মোস্কোদা উবা ফংদ্রে। পাক-চাওরবা সরক লম্বী মংলৈবাক্কী মতোগুম লৈচিন-নোংফাই ইথাং পাংনা মিৎয়েংগী রাংমদা লমদম তাম্না শন্দোকখ্রি। লম্বীগী নাকল অনিমক্তা চাওরবা উ পাম্বীশিংনা পরেং পরেং হৌরি। মী চৎফম Pavement চাওনা-চাওনা লৈরি। দিল্লি, বোম্বে, কলিকতাগুম্না সরকশিং অদু চিন্দে। মী য়াম্না চৎতে, জীপ কার বস মরক মরক্তা থর থর চৎপা উই। খাইগী তোংনবা বসশিং মী য়াম্না তোংবা উদে, ইহাং হাংনা চৎলি। করিগীনো মী য়াম্না তাদবা জাৎলা হায়না খল্লুরে। অদুবু ঐনা খল্লিনা রাখল অদু ওমরম্রে। লৈমুংদা চেল্লিবা Train শিংদা মীয়াম পুনবা মী য়াম্না চৎপা থেংনরে! লৈমুংগী Rail লম্বীদো ইতোপ তোপ্না ঐখোয়না থেংনদ্রিবা সংসার অমা ওইরম্লে। হায়রিবা train অসি তোংনবগীদমক্তা মী অমমমদা রুশিয়াদা চৎনবা পৈশা অচোইবা "কোপেক" মঙা পিবা তাই। পৈশা পীবগী মওংসু অতোপ্পনি। Metro Railway অদুগী চং ফম্নদা মী মথুৎতোনা তোবা অথিংবা চৈ অমযম হাইথদুনা লৈরি।

লৈমুংগী লম্বী ট্রেন শিং নাল্লি অঙকপা সংসায় অমনি, মুখী হাইগৎ হাইথ তোকম অদুদা পৈশা থাদকম মুখুল অমমম পালি। হায়গৎলিড়ে, খুদক অদুনা থুনুমক মী খুদিংমক চৎনৈ। থাদখিবা পৈশা অদুনা মথাদা কোং কোং হাম্লনা হেক য়োখিবগা মখুৎ অদু থাদদুনা ভাক্কুনা থমলে, মী চৎপা য়াদ্রে অত্তোম্বা পৈশা অমমুক থাদদ্রিবা ফাওবা। কুশয়াগী মী খুদিংমক য়াম্না থুনা থুনা চংলি, অমগা অমগা য়েংনদে। মাখী মাগী মথোদ খোইদোক হেন্দোক্না পুক্রিং চংবা উই। ঐখোয়গী ভারত্ত কাংবুগী মশা অনোইবী মিসেস লাস্করদি পৈশা অদু থাদগ্রগা চংখোকপা মংহৌদ্রে; মথুং হাইদরকপনা হানগ্রে। থৌওং অতুদা ঐখোয়গী গাইড অদু য়াম্না থিনা শাওরে। মখোয় রুশিয়াগী মীশিং অসি খোইনা ম্নারেম ভাংদবা মফম মতম য়েংনা মখো খঙনা থবক তৌবা মী ভাক্কা ওইংগুম তৌই। ঐখোয়গী ইম্ফাল সমক্কা লৈপ্লুনা মী ম্নারী শানবা, মী য়েংবনচিংবা অদুগুম্বা মওংশিং অদু নিংশিংলকই খল্লি, “খেন্নপ্রেদা” চাওখৎপা হায়বনি মানা শুবা নোম্বা মখো খঙবা অমদি মতম মাংহন্নদবা হায়বসিদগী ওইরকপা ওইরে। মীওইবগী মপুংফাদা ওইরিবা মাখলদগী মপালদা পুথোকরকপা ভাক্কনি। শুবা নোম্বা তম্লবা অমম্নুং মকমগী মমল খঙদ্রবদি কনাগুম্বা জাতি অমত্তা চাওখৎপা ঙমগনি থাজদে।

লৈমুংদা চেল্লিবা ট্রেন অদু পাক হেক য়োদে শিড়ি থাক থাক নাইনা ফনা শাংনা কুমথরে, অদুদগী অমুক Electric মা কুমবা শিড়ি অমমুক কুমলে, অদুগা ট্রেন তোংফমদু য়োরিবনি।

মপ্থোং অমমমনা ফুট ৫/৬ কী square ওইগনি। ট্রেন অহু মিকিট ভয়উংমক লেপ্পী অফুনা থুনা কাখৎনৈ। Electric না চেনবনি। অমুক্তা ঐখোই Station অমি অহুম চৎলগা অমুক লৈক্রে। ওসাইদ্ নৈমাইথংঙা চেক্লিবা বসশিংদা মী ইতোং তোংদবা অঙ্গদি লৈবাক অহু কাহেন্না ইংলগী ওইরবা য়াই। মরমসি লৈমায়-থঙ্গা চৎপমা লৈমুংদা চৎপগী খেন্নবা লৈ। লৈমুংমদি ৪ংদে, লৈমাইথক্তা চৎপা মতমদি থখোই য়োনা হংবা কাওই, চিক চিক লাওই থুইং অমসি। মপান্দা খোকহুকপদা হংবা কাওবসি, কামফুংদা নত্রগা বস মফুংদদি হায়রিবা অইংবেসি করি অমত। কাওদে, অপাবস্থু কাওদে। চাক্কল্ ঐখোয়গা মখোয়গা য়াম্না খেনহ্রে। ঐখোয়না মনিপুরগী মপান্দা চৎপা মতমদা খেন্নবা ফংই; অদুবু মায়বা থরদি অচুমমক নৈ। হায়বদি থুম- মোরোক থাকপা মরু-মরাং থাকপা য়েন্সাং চাক মত্রগা আটাগী তল চাবা ফংই। অদুবু ইউরোপকী লমদম অসিদদি পুমক্তম ওমরে, ব্রেদ ( Bread ) বন ( Band ) মাখন, ( Butter ) চিক, মরাং কায়না পি। মাখল ময়োম ময়োম পি। ঐখোয়না থুংলুবা International Youth Hostel গী waitress শিংনা Trolley দা গাপ্পগা ইশা ইশাম। ইমচুনস্থ পুনৈ। মখোয়দি Beer, Wiskhy মচিংবা শানচিংবা ওয়মক চাবনি। Vegetarian নি হায়রুবদি মখোয় জ্ঞান মমই থঙদ্রে। য়েনশাং মহি ( Soup ) চাকচানাংদা হেক পি, chicken নত্রগা mutton soup য়াম্না পায়ে ঐখোয়গী উয়েনগী ভাং অসি মমল য়ামবা ফংনদবা পোং ওইনা পামমৈ। Vegetarian গীদা mushroom soup হায়রুনা

য়াম্না হাওবা special ওইনা তৌনৈ। মকম, মতম ১মি মী ওই থেংনবগী মতুংইমা পোৎকী মশুম অমদি মমল লেপ্পি হায়বদু চুমায়ম্লে খল্লি। ঐখোয়গী লমদা হোংবা কংবা থোইনা হেয়া খনৌজবা উমদেন অদু রুশিয়াগুম্বা ইউরোপকী লৈবাক্তদি কয়াদা মমল য়াম্লবা অমদি তাওবা পোৎ ওইরবনো? মোস্কোদদি Duty Free Shop হায়বদি শিকম থোকপা Sale Tax কত্তবা শিনবা য়াবা দুকানশিং লৈ। মতুংদগী পোৎ লৈরবদি SaleTax পিদবনা পোৎকী মমল তানা কংই। অসিগুম্বা মখলগী দুকানশিং অসি International Tourist কীদমক কান্নবা তৌবা মাল্লি। লম্বীগী চিন্দাগ্নদা উপু দুকান মচা মচা কমবশু থেংনৈ মখোয়শিং অদু মশা য়াম্না মানি, মিংশেংতনা থাবনি লাইরিক, কার্ড অকে অমৌগী পোৎশিংতমক য়োল্লি। ঐখোয়গী মনিপুরগুম্বা ভরতকী অতে মকমশিংদা লৈবা উপু দুকান পান দুকান মথংদগী য়াম্না থোয়।

ইংলবা মোস্কো সহরদা শিৎলিবা মুংশিংকী মথক্তা মমলবা লৈচিন্না কুপ্নবা অহাংবা অতিয়াদগী অইংবা মুংশিংকা ইরোইমনা তত্তনা নোং চুথরি। অসিগুম্বা ইংলবা মতমদা মোস্কোগী সরক্তা লমমতেক অমত্তং হায়বদি Hostel দগী মপালদা থোকরবপাদা থম্মোই য়ৌবা ফাওবা চিং চিং লাওবা অইংবা ফাওই। তশেংনা অইংবা অমদি ঐখোয় ভারতকী লমদমদা ওইরিবা অইংবা অনিগী খেন্নবদু হকথেংননা থত্তবা ঙমদ্রে। অদুবু বস মনুংদা হেক কমবগা অঈংবদু মাংখি বস মনুংসু Air condition তৌরম্মা তৌই। মুমিদাংবাইগা মোস্কো সার্কস য়েংবা চৎলে। মিংশেলতনা ফজ্রাং ওইবনি। হেংউ

য়েংউবদা পুমনং লংবা ইকোয় কোয়না শাবা য়ুমনি, মোস্কো থিয়েটর হোলদো। নিনথোংবা মতুগা লোয়নবা যন্ত্রশিংগী খোস্থোক্লা মপুং ওই। শোনি। হোল অদু গেড অহুম থোক্লা পাল্লি মী লিশিং ১০,০০০ ভরা দি ফমবা চল্লি হায়। ঐখোয়না থঞ্জরিবা Screen চিংথোক চিংশিন তৌরগা বাংখৎলবা ষ্টেজ অমতদা শান্নবা মওং অদু নত্তে। ষ্টেডিয়মগী মওংনি, মীয়াম্না কোয়না ফমদুনা য়েংবনি, ময়াইদা শো উৎপনি। শো উৎপা খুদিংগী ষ্টেজ তোঙান তোঙানবা উৎলি। মিকুপ অমতং মে মমবদা অতোপ্পা ষ্টেজ অমা হেক্তা ফোংবনি। মনিপুরদা তৌবগুম্না Screen চিংথোক চিংশিন তৌব জাৎ নত্তে। লিলাগী ষ্টেজ, ঈশৈ শকপা, য়ুইমিং পুল মচিংবা মথং মথং উৎপনি। মুপী মুপা পুন্না জগোই শাবনি। অমগী মথক্তা অমা মথল মথেল মওং শেম্না খুৎশানি। ঐখোয়গী জগোই শাবা শাবীগুম্না মোং হাদবা চিংলেম্বা মতৌ অদুগী ওম্না তৈন্নবদা মনিং তৌনা লৈং খোৎপা য়ানবা শেংপা পাঙ্গল পুথোকপা য়াবা ফিজেৎনি। মখোয়গী মপাল খোকফম অদু অঙকপা ফংনা নাল্লি। অঙৌবা শৎ নানবা মারবলতনা শেম শাবা মঙমনি। ঙহাক পোথারিঙৈদা সোভিয়েট মুপী অমা উনরকই। মহাক English খর খর ঙাংই। মহাক্না Ball Pen অমা ঐঙোন্দা Present ওইনা পিরকই। মী অতৈদি মখোল খঙনদ য়েংবদমক য়েংই। "Indian, Indian" হায়রৈ।

---

# লেনিনগ্রেডগীদমক্ক

মোস্কো সার্কস য়েংবা অদু লোইকাংত্রিবৈদা ঐখোয় লেনিন-গ্রেডকীদমক ট্রেন তোংহনা চৎননবা থৌরাং তৌনরে। মহৈ মহৈ মাগী মাগী পোৎ চে পূহনা ট্রেনদা কাখৎনরে, ট্রেন মনুং অদু হেক চংবদা পুক্নিংদা থুক লাওবা অমা ফাওবগুম তৌখি। ট্রেন মথকতা খোং হেক থাংগৎপদা কালিচা অঙাংবা অদুদা তারুরে মনুং অপুম্বদু কালিচাদুনা ওম্নমক কুপলমলে, মা মরি মরি চনবা বার্থশিংনা শেম্না ট্রেননি। মোন, মোনপাকফিদকশিং ঙৌরোক ঙৌবা ফিতনা শেম-শাবনি, চান-থকনবা থম্নবা নাননা ফজরবা ইস্পাটগী টেবল অমম বার্থ খুদিংদা লৈ। শেল-লৈবা চাওখৎপা লমদা অশিংবা মীনা শেম-শাবা হায়বদুদি অসি ওইরে হায়না খনখি। অদুবু ঙহাক লৈবগা মশাল থোকনিংদুনা টোইলেটতা চংলুবদদি ওন্থোকপা মওং অম উবা ফংলে, টোইলেট পেপরনা পিক থল্লে ঈশিং মাইশিং শিজিন্নবগী মওংসু লৈতে, টোইলেট পেপরসু লৈরমদ্রে। পুংখায় অনগী মাংদা ফজবা মফমদা লুংঙাইনা চৎলমবা অদু অল্লাবা থেংনরে। মফম খুদিং মতম খেল্লবগী মতুংইন্না অম্না লুংঙাই হায়বদু অদুমমক ইমান মান্না লৈবা জাং ওইরে হায়না পুক্নিংদা ফাওরকখি। ট্রেন তোংদুনা চৎপগী খোংচৎ অদু অকুইবা মতম নত্তে পুং অনিগী মতুংদা ঐখোয় ময়াম লেনিনগ্রেডকী Railway station দা থুংলে। ইরমদম ভারত লৈবাক্কী সহরশিংগী Railway station দা হেক থুংবগা পোৎ পুবিনবা কুলিশিং ঙাই ঙাইদুনা লৈরমবগী

ৱাখল অদু নিংশিংলুই। অদুবু ওন্ন-তৈনবা মতৌ অমা থেংনরে। নিংথমথাগী অহিংগা ওইবনে য়াম্নমক ইংত্রবস্থু ওক্টোবরগী অরোইবা চয়োল ওইবনা লেনিনগ্রেডতদি ফন-ফজনা ইংলমলে। অইংবা অমদি অমমবা মরক অদুদা ট্রেনদগী হেক কুমথবগা মহৈ মহৈ মাগী মাগী মপোৎ পুখোকনবা হোৎননৈ। শাড়ীচোম্না শেৎপী মতম অয়াম্বদা কুলিতবু মপোৎ পুহনবী ৱায়াম ঙাংবী ভারতকী ম্নপীশিংত্থু ইরাং-লাংনৈ। ঙহাক লাংলবা মতুংদদি ঐখোয়গী গাইড অদুনা শিন্দুনা Trolley ইনবা রুশিয়াগী ম্নপা অমা লাকুনা পুজবা ঙমদবা পোৎচৈশিং হাপগৎলে পোৎ অমমমদা কোপেক মচা মঙানি হায়। ঐখোয়না লাংলিবা তৌরিবশিংত্থু অয়েংনবা রুশিয়াগী মীশিংনা য়েংলম্নবদি নোকনিংবা নত্রগা অঙকপা অমা ফাওরমগদ্রা খল্লি। মরমদি মখোয়গী Railway station দা ভারত্তা তৌবগুম্না য়াম্না নিন-খোংদে কুলি মশিং য়াম্না লৈতে। মশা মশানা ঙমজবা পোৎক-মক পুরগা য়াম্না থুনা থুনা চৎনৈ। ৱারী শাবা তারবস্থু ইংনা তপ্না লাও-খোংদনা অদুমমক চংলি। ৱাখল খনবা নিয়ম নাইবা মীশিংদি ৱাঙাম ঙাংবসি কয়া চৎনদে হায়বসে রুশিয়াগী মীওইশিংদগী তম্নীংঙাই ওই হায়না খনখি। হাম্না ঙায়হুনা লৈরম্নবা বস অদুদা তোং-হুনা The International Youth Travel Lebezhy কৌবা হোস্টেল অদুদা থুংলে। নফম অদুদা থুংলগা ঐখোয় ময়াম ঙহাক ঙায়নহুনা পোম্বারে অদুগা মী অনি অনি চনবা কাদা ঐখোয় অনি অনি লৈনরে। চাব-থকপগী মঙদি Moscow দা তৌবগুম্না Dinning Hall দা চংলগা অপাম অপাম্বা চানৈ bread,

butter, cheese bun, beefs নচিংবনা মপুং ওইবা চিঞ্জাকনি। শা-ঙা চাৰগীদি pork, mutton অতুম চানৈ। Vegetarian গীদমক্তি mushroom soup খ্বাইদগী পান্নবা মমল য়াম্না তাংবা item ওইনা তৌই। হৈনরবস্তু হৈনত্রবস্তু অতুম চাবা তাবনা পুন্সিদা অমুক্তা মপুং ওইনা চারক্কবা চিঞ্জাক্তু চারে। তৌবগীবুদি মফম মতম হন্না নুংশিং তোঙানবনা ফিজেং চাকচা তোঙানবা খেন্নবা হায়বসে মশানা তাবনি। অসিগুম্বা মাওইবা জাতিগী মরক্তা খেন্নবা অসি লৈরমত্রবদি ঐখোয়বু শেম্বীরিবা মপুগী হৈশিংবা অদু খঙলমদবা য়াই। লম চংপা হায়বসে অরা নুংঙাই অনিনা পুল্লি হায়বদু অচুম্বনি। অহিং অদু লেল্লগা নোংহেক ঙানবগা হোবে হোবে পোৎ চৈ লোইশিল্লে। চংথোকনবগী থৌরাং অতুম তৌরে, পুং তরেং তাবা মতমদা ঐখোয়গা গাইড অদু লাকলে, বস তোংহনা লম য়েংবা চংলে। লেলিনগ্রেড হায়রিবা সহর অসি পৃথিবীদা মমিং লৈরবা রুশিয়াগী অফাওবা Revolutionalist লেলিনগী মমিং লৌহনা Russian Revolution 1917 গা মতুংদগী থোনখিবনি। রুশিয়াগী অচৌবা তুরেল Neva হায়রিবা তুরেলদু লেলিনগ্রেডদা মশা-মরেং কয়ামরুম লোংনা চেল্লি, লেলিনগ্রেড সহর অদু Neva তুরেলনা পুমকোয় কোইশিনবগুমই, তুরেলগী অসি মথক্তা সহরগী লম্বী অমগা অমগা শমজিন্নবগীদমক্তা খোং চনিদগী হেন্না লৈ হায়না ঐখোয়গী গাইড অদুনা হায়। তশেংমমকস্তু মাইকৈ খুদিংদা য়েংখিবদা তুরেলগী শংবানবা ঈশিং অমসুং মদুগী মথক্তা থোংনা মিরাংমহুমনা পরেং পরেং লেংগুম্ন Neva তুরেল অমসুং

মাগী মশাগী মথক্তা শারিবা অমদি লম্বী অমগা অমগা শম্নহল্লিবা অদু য়েংবদা মিং পেনদনীংঙাই লৈতে। পাক-চাওরগা Neva তুরেল অদু Caspian Sea গা শম্নখিদুনা মিংয়েংগী য়াংমদা মাংখি। ঐখোয়না রুশিয়গী অহানবা Warship অমসুং Winter Palace Museum য়েংলে। Neva তুরেলগী মথক্তা নিংশিং খুদম ওইনা মাথাল অদুম নাইবা মতম অদুগী লালগী হৈলাই কয়া য়াওবিবা Warship অদু Winter Palace বা মায়য়োক্লনা চিংলেমনা লেপ্তুনা লৈরি। রুশিয়গী মতম অতৈদগী অমদি পৃথিবীগী লৈবাকশিংগী Tourist কয়াম য়েংবা লাকই। Winter Palace হায়রিবা অসিগী museum অসিসু য়াম্না নিংথিজনা লৈতেং খোংতেংতুনা তুংদা লাক্লদৌরিবা মারোন কয়াগীদমক নিংশিং-নবা থমলগা মফমনি। থাইনগী নিংথৌ পাল্লিদৈগী ফজব নিংথিবা কলাগী ওইবা মূর্তি মসিং য়েক-খোংগী লাই লৈরি। অসিগুম্না ফজবনা লৈতেংলবা মফম অদুগী অতোপ্পা জগাদা বণ্ডি ফাদুনা থমফম চাউনা লৈরি। বণ্ডিগী Cell শিং অদু পুমম মমই, থরবা কল্লবা মুংডনা শাবনি, চংফম মচা অম ওমক লৈ। মুংশাগী মডাল, অইংবা মুংশিং অমদি মীনিন তাবা ফংবগী বাংমদা বণ্ডিশিংদু য়াম্না শাবিনা থনমাগী মওং উবা ফংই। চাওখংপা লমদা লৌশিং লৈবা মীশিংনা তৌবা থবক্তি থাইনদগী হৌনা অক-ফত্ত অনিমক্তা চপ মান্ননা শেমলাম শারমবা ওইরে হায়না পুক্লিংদা ফাওখি। ঐখোয়না ভারতা তোইনা থেংনদনা অমনা Museum অদু য়েংবা চংলমদায় অদুদা

ঐখোয় ইশাদা য়াওবা বেগ, ছাটিন, ফুরিৎ কোট অমসুং খোংউপ লৌথোক্লুনা ঙম্মক থম্নৈ। খোংউপতি Rubber গী অমা মখোয়গী অতুদগী লৌরগা অচা অচাবা খনজুনা তোংনৈ। চাওরবা শং অহ্ য়েংবা লাকপা মীনা পীক-থল্লি, তপ্না ঈংনা য়েংনবগী মতম লৈনদে, মুনা মুনা য়েংলগা অতুম চৎনখি।

অস্তুমনা Winter Palace য়েংবা লোইরগা ঐখোয় ময়াম বস তোংখৎলগা Pushkin সহর য়েংবা চৎলে। Pushkin সহর অসি Summer Palace হায়না খংনৈ। সহর অসি রুশিয়াগী ফাওববা কবি Alexander Pushkin গী মমিং লৌদুনা শোক ১৯৩৭ দা থোনখিবনি। অহানবদি সহর অসি Tsarskoye selo হায়না খঙনরম্মী। কলা বিদ্যাতগী ওইবা নিংশিংখুদমশিংগী পুন্নফম Pushkin সহর অসি শকাব্দ ১৮ অমসুং ১৯গী মখুংদা রুশিয়াগী খ্রাইৎগী হৈশিংলবা খুৎনাইবশিংনা মীরোল কয়া চংনা শেমগৎখিবনি হায়না ঐখোয়গী গাইড অদুনা ঐখোয়দা তাকই। রুশিয়ানশিংনা সহর অসিবু য়াম্না খুংশিনা চাননা নিংনৈ মরমদি মখোয়না খুংশিজববা শক নাইবা কবি Alexander Pushkin গী শম্নিংলা সহর অসিগা নরুবা মরি অমা লৈ। কবি অসিনা সহর অসিগী ফজরবা মফমশিংবু উরগা মহাক্কী চাউর চাউরবা লাইরিকশিং ইখি অমসুং সহর অসিবু মহাক্না কবি অমা ওইনা পোকপা মফমনি হায়না লৌখি। Pushkin না Lyceumগী ছাত্র অমা ওইরমবগী নিংশিং খুদম অদু উবদা পুক্নিংদা অঙকপা অমদি তুজুংবা

পোকই। সহর অসিগী চাউরবা পরিকর অতুগী মন্নুংদগী খ্বাইনা মিৎয়েং থমফম ওইরিবসি Catherine Palace ( Summer Palace ) নি। হায়রিবা কোন্নুং অসি ১৮ শুবা শব্দাদী গী ময়াই চল্লকপদা মমিং চংলবা য়ূমশারোল হৈবা M. Zemtsov. অমদি A. Kvasov. না শেমলম্বনি হায় অতুগা মিং থকপা অমস্তুং অঙকপন। থন্না ফজরগা মন্নুংগী লৈতেংশিং অতুদি B.F' Rastrelli না শেমলমবনি হায়না তাকই। সনাতনা লৈতেংবা য়ুম্বী মখোংশিং অতুদা হকলিনা লৈরোং ময়াম মিংনা য়েংখংখিবদা তান্না উরিবা সনাগী শিলিং অমস্তং মতুদা পোকলিবা মখল মথেলগী নমুনাশিং অতু উবদা ফজবগী অঙকপা তায়বতু থম্মোইদা ফাওই, কোংদোকপা ওম্বগী রাংমদা লৈখিতুনা স্বর ফাওবা ওহাক থিংবগুম তৌখি। কোন্নুং অতুগী কাশিং অতু য়ামখ্রে চংপদা পুং ১ হেন্না চংই। কা খুদিংমক ফজনা লৈতেংই মতুদি স্না মতুনা অয়াম্বা ওইনা তৌই। চাওখংপা হায়বসি মীরোল কয়াদগী অতুমমক ওইতুনা লাকলনা জাং ওইরে হায়না পুক্নিংদা অতুম লৌই। ভারতকা মখোয়গা খেন্নবা অমদি উই মতুদি মখোয়গীদি থাইনগী নিংশিং খুদম খুদিংমক হৌজিকতমক হেক শেম্বগুন্না renovate তৌতুনা অয়ুক নৌহন্দুনা থমই, মওং মতৌদি কায়হনদে ইনৌ নৌনা ফজনা থমই। স্নাগী ব্রাং-চাউরবা য়ুম্বী মখোংশিং অতুদা হৎ-খোংলিবা লৈরোং মখল মথেলগী নমুনাশিং অমস্তং হন্না য়েংখৎপদা মিৎয়েং তান্না পাক-চাউরবা দলালগী শিলিংদা স্নাতনা হংতুনা লৈতেং শেমলিবা পুংমক অতু উবদা অঙকপা অমদি অকি তুজংবা থম্মোইদা ফাওই।

মিংকুপ অমতা ওইরবস্থ অঙকপদগী স্বর থিংদবা ঙমখিদে। মুংশাগী মৈশানা অরংবা পোৎশক্তা য়ৈরুবদা মঙাল অমমুক থকতোরক্তুনা অাইবং মিংতা য়ৈরবগুম থম্মোইদা ফাওরকপা অঙকপা তুজুংবনা থল্লবা মুংঙাইবগী খোন্থাং অতুনা পুক্লিংদা য়ৈরকখি অতুগা থনখি, অদুন্না 'মীওইবনা শেম্বা খুৎশেমগী ফজবা, নিংখিবা ১দি অঙকপা অাসিদু অাইবং মপুগী মশাগী ওইবা মতৌদগী পংতা তাবদি নত্তেদনা' অাইবং মীওই খুদিংদা ঈশ্বরগী ওইবা শক্তিগী মরিক কয়া য়াওরি হায়বসি চুম্বা ওইরে হায়না হায়নিংই। মীনা শেমলবদি 'লাই ওই' হায়বত্থ অসিরাইদা লৈরে হায়না পুক্লিংদা থনখি।

কোন্নুংগী চংফমদা কোন্নুংগী বিচার লোইশংগা মায়য়োক্কনা লৈরিবা স্নাগী মচতমা শেম শারবা লৈতেংশিং অদুদা উবদস্থ মিৎ থকলির্বান। চংফম অদুবু 'স্নাথোং' হায়নস্থ খঙনৈ, মদুগী মনিংদা Alexzander Park লৈরি। Park অদুদু য়েংবদা মতিক চাবা মফমনি, চুম্বা চৎলিবা লম্বীশিং ঙমলপ ঙমলপ তৌনা চিং লেম্না লেপ্লীবা অশংবা ফক্লাংশি অমসুং পাক-চাওনা শেম-শারবা লৈ ১দি লৈনাশিংগী নমশিং অতুনা কোন্নুং অতুগী ফজবগা চাননা ঙান্থোইরি। লৈতেম মান্নবা কক্তুনা শেম-শারবা অশংবা নাপী মথক অদুদা স্নাগী মচনা হংলবা রাংলপ রাংলপ তৌবা ফমফমশিং শেম শাদুনা লৈরি। অসিদগী তেন্দোক্তুনা মখল মথেলগী সমদ্রু লাইগী মুর্তীশিং অমসুং নিংথিজবা সমদ্রুগী জীব (shell) কুয়োম শিংনস্থ লৈতেংলি। থেক্ক খোয়না শেমলিবা লৈকোলদা হৌরিবা উপালশিংদা নাপুমচু, অঙাংবা, কমলাচুম অমসুং মঙ্গামচুনচিংবা উপালগী লৈরাংশিংনা ঙাংোইরিবা

অহু য়েংথোকখিবদা মিৎয়েং হোংবা য়াদে য়েংবগী পেনবা লৈতে। থেক্ল খোয়না চৎলিবা লম্বীশিংগী মবক্তা উপালশিংনা মনিংমখা তম্না হাইনা হুম্না হৌরি, লম্পাক, চীং অমস্থুং পাংশিংনা লৈতেংলবা পার্কনি। লম্বীনা থেকলকপা খুদিংদা অনৌ অনৌবা দৃশ্য অমমমনা লৈতেংলি। ঙঙ্গলগী মন্থু দা অস্থুক নিংখিনা শেম-শারবা মীওইবগী খুৎশেম্না অমুক্তা হেন্না ফজহনবসি কনাগুম্বা কবিগা পিথোকরকপা গুন চেনবা মীওই অমনা উরম্বা থোকলবদি Pushkin দগী হেন্না ফজবা কবিতা অমদি ৱাবেং কয়া পুথোকলবা য়াবনি। অহুবু ঐখোয়গুম্বা ৱাখলগী মমি শামলবা কলমবু ফজবা শিঙ্গিনবা হৈনবা মীওইদদি খম্মোইদা 'ইস! ফজৈদা' হায়বদগী করিস্থু হেন্না ফোংদোকনিংঙাই লৈতে। অসিদা নত্তেদা হায়ফমবু খংদে, ফোংদোকনিংঙাই ৱাহৈ লৈতে ফোংদোকচনবগী ৱাহৈশিংদা থৌজালহৈবা ঈশ্বরনা খম্মোইদা অহুমক থমজিন্নবা হায়বগুম তৌদে। শোক ১৭৮০ অমসুং ১৭৯৫ গী মনুংদা শেম-শাবদা হৈ শিংলবা Cameron গী কাংবুনা শেমলম্বা মখল ম থল শংশিং, ফমফমশিং অমস্থুং অতৈ অতৈ য়েংবদা মতিকচাবা মওং মওংগী খুৎশেম কয়ামরুম অমসু পার্ক অহুদা লৈরি। মখোয়শিংগী মনুংদা Gallery. Cold Bath, Agate Rooms, Hanging garden অমসুং পার্ক অদোমদা চৎথখিনবা Rump য়াওরি। Concert Hall অমসুং Evening Hall নচিংবসু লৈরি। পার্ক অহুদা লৈরিবা শেম-শাবগী মওংশিং অহুগী অমতা ওইবা পান্দমদি শোক ১৭৬৮ দগীনা ১৭৭৪ ফাওবদা রুশিয়াগা তর্কীগা শোকনখিবা লানফমদা রুশিয়ানা

মায়পাকখিবগী নিংশিং থুদমশিং থম্বনা অয়াম্বা ওইনা তৌই। মখোয়গী মরক্তগী থোইদোকনা নিংশিংবা নুংঙাইরিবদি Chesme column নি, মসি চাউরবা পাং অমুগী ময়াইদা থুংশা হৈরবা A. Rinaldi না শারম্বনি। Ruin Tower, China গী রুমশারোমদা শেম-শাবা Chinese Pavilion অমস্তুং Chinese Bridges স্তু পনবা য়াই। নিংথিনা শেম-শারবা থোংশিং অমস্তুং পনশিং অদুনস্তু পার্ক অদুগী ফজবা হেনগংহল্লি। Ural চীংদগী মার্বলনা শারম্বা Marble Bridge গী অশেংবা মতৌ অমদি চিংলেম্বা মওংদো শিংথানিংঙাইনি। লেমজনিংঙাই ওইরবা Turkish Bath, Chapelle Tower ১সুং Arsenal Pavillion য়েংবা য়ানা কাওবা য়াদবা মওং মতৌ লৈবা ঙাক্তনি। খৃষ্টকী ১৯ শুরকপা চহি হৌরকপদা Rusca না শারম্বা Granite Terrace তগী পাং অচৌবা অদোমদা য়েংনবগীদমক্তা থোইদোকনা ফজরবা মফমনি। Terrace অদুগী মখাদা পাংকী ময়াদাচফু পায়রবী (Pitcher girl) নুপীমচা অমা ইযুং মথক্তা লেপলিবত্থু Pushkin না মদুগী মরমদা ইরম্বা কবিতা অদুগীদমক্তা ফাওরি হায়না হায়নৈ। ইফুং অসি (fountain) অসি লাই হকপা P. Sokolov না শোক ১৮১৬ তা শেমলবনি হায়।

Art Galley দা থমলিবা অয়েকপা লাইশিং অদুগী মশিং অদু মিলিয়ন অনিমখায়রোমনি হায়। তোঙান তোঙানবা Modona, Dayana নচিংবা স্কুলশিংগী মখল মথেলগী লাইশিংনি। শংজাও অদুদা কা ৪০০ গী মথক্তা লৈ। থাইনগী অরিবা পোংশিং

থনফম অতুনা Old Hermitage হায়না কৌই। St. George গী Portrait থমলিবা Hall অতুম্ব অঙকপা ফংনা চাওই।

মীরোন কয়া চংনা খুংশা হৈরবা রুশিয়াগী মী কয়ামরুমনা তোঙান তোঙানবা মতমদা শেম-শারমবা পার্ক স অমস্তুং শংশিং অতু অমগা অমগা য়াম্না চুশিন্নবা অমস্তুং চাশিন্নবা মওংদা উই, অমতা ওইনা পুনশিনবা মতৌ অতু ফজনা উৎলি। অতুগুম্বা তোঙান তোঙানবা মতমগী খেনবা মীওইশিংগী থম্মোইদগী থোরকপা অফোংবা কলা বিদ্যাশিং অতুবু কুইরবা ফাওবা অমতা ওইনা পুনশিনবা মওংদা পৃথিবীগী মীওইবা জাতি খুদিংদা উংপা ঙমলিবা রুশিয়াগী মীরোন কয়াগী মীওইশিং অতুবু পুক্নিংনা ইকায় খুম্নদবা ঙমদে অমস্তুং থাগৎনিংঙাইনি। অসিগুম্বা মতম কুইনদগী চেন্থরকপা মুংগী ইচেল অমা লৈবসিনা ওইবা তাই রুশিয়াগী অচৌবা রিভোলুসন শোক ১৯১৭ না অপুনবা রুশিয়া অমা পুরকপা ঙমখ্রিবসি হায়না থম্মোইদা ফাওবগুম তৌগি। Nazi গী মতমদা নাংলুরুবা সহর, শংশিং অয়াম্বা হাম্নগী চে-চাং অমসুং অয়েকপা লাইশিং য়েংলগা হুজিক্কী রুশিয়াগী কলা বিদ্যাগা চুনবা ঙম্মা শেম-শাশিনহৌরে। 'লেলিনগ্রেড' লেলিননা পোকপদা মতিক চপ চাবা খ্বাইনা য়েংবদা অমদি নিংশিংবদা শিংথানিংঙাইনি।

# নেডরলেন্দস

## অমস্টরডাম

অহুম্না লেলিনগ্রেডকী ফজবা, নিংথিবা, অইংবা অমসুং অঙক-পনা থল্লবা মফম অহু য়েংবা লোইরবা মতুংদা রুশিয়া থাদোক্তুনা অমস্টরডাম রোমদা চৎনবগীদমক্তা এরোড্রোমদা বস তোংহুনা চৎলে। ঐখোয়গী পোৎ-চৈশিং অহু বিজলীগী মতেংনা ঊম্নমক চেক তৌরবা মতুংদা Boarding Card পায়নরগা রুশিয়াগী Aeroflot plane তোংলহুনা অতিয়া মথক্তা অমুক পায়রে। Plane অহু Poland গী কোনুং Warsaw গী এরোড্রোমদা পুংখায় অনরোম লেপই। মফম অহুদা হুকান, চা অমদি অতৈ অতৈ চান-থক্লবগী হোটেল অমসুং পৈশা ওন্থোকনবগী মফম লৈ। পৈশা খর ওন্থোকলগা Coca Cola লিকলি অমা তৌহুনা থক্লে মহাও অহু ভারততা থকপগা খর খেন্নবগুম তৌই, মখোয়গী অহুনা হাওবা হেল্লি অয়াকপগী চাং খর তাই। মতুংদা Plane অমুক তোংখৎলে, পুংখায়মুক এরোপ্লেনদা পায়রবা মতুংদা নোংথক্কগী Netherlands গী লম উরকলে, ঈশিংগী খোং পরেং পরেং উরে, সমক্রুদগী হাইজিল্লকপা ঈশিংগী ইরিশিংনি হায়বা খঙলে, মশিং য়ামগ্রবা জাৎনি। ঐখোয়না হ্নারী লাইরিক্তা Holland দদি নিংথমথাদা উনগী মথক্তা skate তোংহুনা লম অমদগী অমদা চৎলি হায়রিবদো ঐখোয়না নোংথক্কগী উরিবা ঈশিংগী ইরিশিং

অতুনা নিংথম থাদা ফমজিলগ্রবা মতমদা মফম অমগা অমগা শমজিন্নখিতুনা লম্পাক অমতা ওইশিনখ্রবা কাল অতুদা চৎনব য়াবা জাৎনি। অস্নুমা পুংখায়মুক অতিয়াদা চৎলবা মতুংদা Amsterdam এরোপ্লেন তাফমদা Plane অদু তারে। এরোড্রোম অদুদা হেক থুংবগা ঐখোয়না খেন্নবা অমা উবে, কক্‌চেং পরেং লেংবগুম্না মচু মচুগী পিকত্তক পিকতক তোবা কারতনা এরোড্রোমগী অকোয়বা অদু থুংই, মিৎয়েং তাম্না উখ্রি কার পরেং পরেংদু। রুশিয়াগী পাক-চাওরবা লমদমশিং অদু লান্থোকলগা হৌজিক ঐখোয় পিক্লগা মফম অমদা তমুক য়ৌরক্লুনা চিন-চায়ডমদনা পৈরিবা কারগী পরেংশিং অদু উবদা স্বর য়ুনবদৌনা থম্মোইদা ফাওই অমসুং অচৌবা অমদি অপিকপা অনিগী খেন্নবদু উরকই। সংসার অসিদি থানদা য়াদবা খেন্নবা অনিনা শেমলি হায়বসে পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংনা তাকলি হায়না পুক্নিংদা নৌহৌনা খল্লকখি।

মফম অদুদসু ঐখোয়গী team অদু ভায়তুনা বস অমা লৈরমলে। বস ড্রাইভর অদুনা ঐখোয়বু উবদা অতুম কৌরকলে, মহাক অদু French নি হায়, ইংরাজী ভাংই। অসিগুম্না ভায়তুনা লৈরমলবা বস অদুদা তোংতুনা Amsterdam সহরদা চংলে অমসুং Hotel Cok দা থুংলে। Amsterdam সহর অদু Moscow অমদি Leningrad কুম্না চাওদে, সহরগী লম্বী সরকশিং অদু পিকই অমসুং সরক অমগা অমগাগী মরক্তা ঈশিং খোংশিং লৈরি, ঈশিং খোংশিং অদুগী মথক্তা শারিবা থোংশিংনা সরকশিং অদু অমগা অমগা শমশিন্নরি। য়ুমশিংসু পিতক পিতকই,

ঐখোয়না থুংলুবা হোটেল অদুগী কাশিং অদুসু ওম্নমক পিকই; ফমুংসু অমগী মথক্তা অমা লোনখৎনদুনা শেম্বগী মওং অদুনি ফৈজুপসু খাওগী মওংদা শেম্নবনি মন্নুং চংলগা মোনপাকসু ফৈজুপসু অনিনক অতুম ওইরে। ইরুজফম কা অমতুং খোংহামফম কাসু মী অমা য়ানা চংবা য়ানবদমক শেমই। রুশিয়াগী লমজাওদগী লাক্লগা হোলেণ্ডগী অপিকপা লমদমদা য়োৌরকপদুদি স্বরগা হেক য়ুনদোনা তৌই, খল্লি পূরিংদা অচৌবা অমদি অপিকপা অনিগী খেন্নবা অমি ওইরে হায়না, মন লমগী হব্বা নুংশিং খেন্নবগী য়ুমলৈ কৈলৈ, য়ুমশা-কৈশা ওম্নমক খেন্নরে। মৈতৈ অহল-লমনগী পাউরৌ অমা নিংশিংলকখি—"উচেক অচৌবন মগুম চাওনা শাই উচেক মচানা মগুম পিকনা শাই" হায়বসি মফম খুদিং মতম খুদিং অমতুং মওং খুদিংদা অদুমমব চুমদুনা লৈবা ওইরে। Amsterdam সহরদা ঐখোয়না উরকপা অমনা য়ুমগী য়ুমথক অসি টিননা অয়াম্বা কুপই অমসুং য়াম্না য়ুংনা কুপই অমসুং মিক্তুৎথোং পিকনা পিকনা পাল্লি। মসিগী মরমদি নিংথমখাদা উন য়াম্না তাই অদুনা উনশিংদু য়াম্না লায়না চেম্বখিনবগীদমক্তা য়ুমথক অদু য়ুংনা কুপইবনি অমসুং উনগী অইংবা অদুগীদমক্তা থোংনাওশিংদু পিকনা শেম্বনি হায়না ঐখোয়গী গাইড নুপী অদুনা ঐখোয়দা তাকই। অদুগা অতোপ্পা নুংঙাইবা অমনা Amsterdam সহরদা লৈরিবা অপিকপা অচৌবা খায়দনা য়ুমগী মমাংদা, নাকনদা লেকোল অমমম অঙাইফদনা থমই। মফম লৈতবা য়ুমশিংদনা য়ুমথক্তা Terrace garden হায়দুনা ফজনা শেমদুনা থমনৈ। য়ুম লৈরবদি লৈকোল অমা

শেম্বা হায়বসি Dutch (Holland দা লৈবা মীওইবু ) শিংগীদি তৌদবা য়াদবা অমা ওইনা তৌই। লৈকোল শেম্বা লৈ চারা শেম্বা করবার অমা ওইনা চৎথৈ। 'Tu-lips' হায়রিবা লৈ অদুগী 'bulb' হায়না কিন্তৌ মরু মানবা লৈগী চারাসি ঙাক্তা য়োনবা কৈথেল অমা লৈ, মখল মথেল লৈগী চারা, অশাংপা অপোম্বা লৈগী তুকানশিংনা পরেং পরেং লৈরিবা কৈথেল অদু য়েংবদা অমুক্তা উঙদবা ঐখোয়দদি খর ঙকনা থোকই। হায়রিবা লৈগী কৈথেল অসি লৈ লৈবা লাকপা মীনা করক করক ইনৈ, অথাপ্পদগী মীশিং লাক্কুনা অদুম লৈরৈ—Packet তা লৈগী চারা-শিংদু য়োনবনা পুথোক-পুশিনদা খুদোং অদুম চাই। লৈগী কারবার অসি ফনা নিংথিজনা চাওখৎপা জাৎনি—অদুনা Holland বু 'Garden of Europe' কৌই হায়না ঐখোয়গী guide অদুনা হায়। ফজবা অমসুং নিংথিবগী মিৎয়েংসিংদু মীওইবা জাতিগী চাওখৎ খোংথাংদা শিংথানগদবা পোৎচং অমনি হায়না Amsterdam সহরগী লৈকোলশিংনা খুদম ওইরিবদু উবদা ঐখোয়গী থম্মোইদা থোইদোক্না নুংঙাইবা ফাওহল্লি। খঙজিনবদা নুংঙাইবা অমনা Europe কী লৈবাকশিংগী মরুংদা Amsterdam সহরদা Bicycle খ্বাইদগী মশিং হেন্না শিজিন্নৈ। Bicycle মিলিয়ন অমগী মথক্তা লৈ হায়না হায়, অদুনা মীশিংনা Bicycle তোংদুনা সরক্তা চৎপা পোৎচৈ মচা-মশু পুথোক-পুশিন তৌবা য়াম্না থেংনৈ। ঐখোয়না লৈরিবা Hotel Cok অদুদা চা, কোফি, বিস্কুট চকোলেটনচিংবা পোৎচৈ মেচিনগী মতেংনা য়োল্লি, নী

ফমতুনা লৈতে, মেছিনগী মপা মপাদা পৈশা ময়েক থাদফম মখুল লৈরিবা অতুগী মথক্তা পৈশা মশিং ২০/৪০ অস্নুমা ইতুনা থমলি। অহোবা অতুদা পৈশা অতু থাদরবা মতুংদা পামলিবা পোৎ অতু শেমতুনা থমলবা মফম মপা অতুদা মতোমতা তাজরকই। অস্নুমা মেছিম্না পোৎ য়োনবা থেংনবসি ঐগীদি ইহান হানবনি। য়েংবদা পুক্লিংদা নুংঙাইবা অমদি অপেনবা পোকই, মীওইবগী রাখল অমদি লোশিংগী থৌনানা তৌবা ঙমদবা পোৎ লৈতে, মীগী রাখলদগী ঙমমক ওইরি। রাখলবু খল্লবা অমসুং মতুবু থবক্তা ওন্থোকপা ঙম্লবদি হিংবগী মওং অসিদি ইলাই লাইহল্লি। চাওখৎপা হায়বসি পুক্লিং অমদি রাখল চাওখৎপবুনি, লেংলি-পাল্লিবা পুম্নমক অতুদি রাখলগী অক্ষোংবা মওং ঙাক্তনি হায়বসি Europe তা হিংলিবা পুন্সিগী মতৌনা ময়েক শেংনা তাকলি। Holland গী লমদমদা লৈ মরাং কায়না ফংবগুম্না হৈরাসু ফংই, কমলা, সেমনচিংবা নিংথিজনা চাবা য়াই। Vegetarian diet কীদমক হৱাইথরাক অতেকপগী পলাউ চাবা ফংই, ঘী, মাখল, শঙ্গোম অমসুং চীজসু মরাং অতুমকায়না চাবা ফংই। সমক্লগী ঈশিং ইমায়দগী নেমথনা লৈবা Holland গী লমদমদা পাক-চাওরবা লমহাং কয়া লৈবা অমসুং লমহাংশিং অতুদা অমুবা অমসুং মুনা লাংবা চাওর-চাওরবা ষনশিং শজিক চাহনা লৈবা থেংনৈ। Dairy গী Industry সু নিংথিজনা লৈবা লমদম অমা ওইবা তাই। লবুক-লমহাংদা মচি মচিদা Wind-Mill মশিং খঙদনা লৈবা লমদমদি পৃথিবীগী মনুংদা Holland হায়রিবা লৈবাক অসিদনি। সমক্লগী ঈশিং

চংলক্তনবা পন (Dyke) চাওনা খাগত্তুনা লৈরি। অস্তুম্না বস তোংহনা চংপদা করিগুম্বা মফমদা সমক্রুগা শম্নহনস্তু লৈ। মফম অতৈদা লৈতবা অমনা Wooden shoe factory নি। উতনা শাবা খোংউপনি, মচু তোগান তোগান্না শেমই, মওংস্তু তোগান তোগান লৈ, অঙাংগী, মুপীগী, মুপাগী অমস্তুং অহলগী অস্তুম্না মখল মথেলনি। উগী খোংচুপশিংহ য়াম্না য়াংই লৈবাক অতৈদস্তু থাদোকই হায়না factory গী মীনা হায়। উদি মখোয়গী লমদা ফংবা উ মখল অমনি হায় অমস্তুং শিজিন্নবদস্তু মুংঙাই হায়না তাকপিরকই তৌবদবু মোজাদি খব খারপ তৌবা অমা দরকার ওই হায়বা অসিনি। ঐখোয়না Holland দা লৈরিঙৈদা Rotter-dam গী চিথাংফমস্তু য়েংলুই। মফম অতুদা Pottery Factory অমস্তু য়েংলকই। মতুস্তু পিকতক তৌবা মওংদা লৈজরবস্তু ফনা ফজনা শেম-শই। য়াম্না artistic ওইবগী মওং উবা ফংই। সাধারন ওইনা অদুম য়েংবদা Holland দা লৈরিবা মীশিং অসি য়াম্না নোম্বা কনবা অমস্তুং রাখল খর খন্থবা মীওই ওইনা উই। অতুগা মখোয়দা য়াম্না হরাও তয়াম্বগী মতৌস্তু লৈ অমস্তুং মনিং মথা তম্না হিংজবা (free life) অমস্তু মখোয়দা লৈবা উই। অহল ওইরবা (Old aged) মীওইশিংগী য়ুমশিং colony অমা ওইনা লৈ। থোইনা য়ৈখায়-থিনগায়বা লৈতবা পুন্সি অমা Dutch শিং অসিনা লৈরি হায়না মতম শাংদনা লৈকবা ঐগুম্বা মীওইনা হায়নিংই। অস্তুম্না মুমিং নিনি লৈরবা মতুংদা অক্টোবরগী তাং ২০ গী অয়ুক পুং ৯ তাবদা Belgium গীদমক Amsterdam থাদোকখি।

---

# বেলজিয়ম

ঐখোয়না Amsterdam দগী তোংবা বস অত্নমক তোংহনা Belgium গী কোন্নুং Brussels তম্না চৎপনি। য়াম্না নকপা জাৎনি, থংনবা লৈবাকনি, ভারতকী ষ্টেট অমদগী ষ্টেট অমদা চৎপ-গুম্বনি। নুংথিল পুং ১ তাবদা Brussels দা থুংলে, অতুগা Youth Guest House Langestrat তা ঐখোয় থুংলে, চাবদি Packet তোরগা পুরে। অহল ওইরবা মুপা অমনা ঐখোয়বু ভায়হনা লৈরমলে। মহাক্না লোয়ননা Brussels সহর কোয়না য়েংবা চৎলে। সহর অসি ধক-খা হায়না অনি থোক্না খায়দোকই, ময়াইদা 'Town Hall Square' হায়হনা চাওরবা মফম অমা লৈরি. মতুংগী অকোয়বা নাকন নাকন্দা Museum, Cather-dral, Palace of Justice, Royal Palace অসিনচিংবা উন্নমক লৈ। Brussels অচৌবা সহর নত্তে। Belgium গী লুচিংবা খুদিংমক Town Hall দা Mayor না পাংথোকই হায়না ঐখোয়গী গাইড অহনা হায়। চহি ২১ শুববা মীওই খুদিংমক চহি ৫/৫ খুদিংগী তৌবা মীখলদা ভোট পিনৈ, কনাগুম্বনা ভোট পিদ্রবদি মহাক অতু নুমিৎ তমনি জেলদা থমই নত্রগা Franc ৫০০ (মখোয়গী শেল) ফাইন তৌই। শোক ১৮৮০ দা শারম্বা Arc of Independence হায়বা নিংশিং খুদম অমসু Brussels দা লৈ। Brussels সহর অসি য়াম্না অরিবা নত্তে,

শোক ১৮৩০ দা লল্লোনবা কাংবু অমমা পুথোকলম্বগী ৱারী লৈরি। সহরগী ময়াইদা 'Lefthanded Brussels Boy' অহু লেপ্পুনা মপাল থোকপগী মওংদা লৈরি। অঙাং অসি য়াম্না মরু ওইরি হায়রিবা অঙাং অসি উদ্রবদি বেলজিয়ম উদ্রবনি হায়না লৌনৈ মরমদি সহর অসি পুথোকপগা অঙাং অসিগা থানবা য়াদ্রবা মরি লৈনৈ। মতুদি ইনাক-কৈরাক য়াম্না খুনবা লল্লোনবা মুপা অমগী অমতা ঙাইজবা মশুনুপা অহু মাংথ্রহুনা ময়ান চংহুনা থিবদগী মুমিং হুমনি মতুংদা অঙাং অহু মফি মরোল অমতা য়াওদবা বেলজিয়ম সহরদা হৌজিকমক লৈরিবা ফিভম অমসুং মফম অহুদা অঙাং অহু ফংলে। অহুদগী মপু অমসুং মহাক্কী মরুপ নপাং কাংব্ অহুনা সহর অসি শেমগৎলে অহুগা মখোয়না মুংশিজনবা অঙাং অহুবু মীরোল কয়ানা নিংশিংহৌনবগীদমক্তা মহাক্কী মতি শাহুনা মফম অহুমক্তদা থমগ্রে। মরম অসিদগী বেলজিয়মগী ময়াই ওইবা শরুকতি হান্নগীগুম্না অহুম্মক লেংদনা থমলি অহুনা শেম-শাগৎপগী থবকতি সহরগী মতাই মতাইদমক তৌরি। বেলজিয়মদা পনবা য়াবা মফম অতৈদি Botanical garden, Column of Congress, Parliament of Cougress অসিনি। Parliament of Congress হায়রিবা শংলেন অসি ইউরোপ পুম্নমক্কী তিন্নফমনি। মী ফমফম লিশিং ১৬০০০ লৈ, মসি শোক ১৯৮১ গী জানুৱারী তাং ১ দা শংগাগ্রে। বেলজিয়ম সহর অসি লল্লোন-ইতিক্কী সেন্টর অমনি অহুগা ময়ামগী শম্নফমনি অমসুং কৈথেল কাফমনি। বেলজিয়মদগী বার্লীন

য়ৌগদবা কিমিঃ ৬৭ ৰাংলি অদুগা Dusseldorf য়ৌগদবনা কিমি ৭৮ নি। বেলজিয়মদা লৈরিবা শংশিং অসি থংনবা লৈবাক্কী ইথিম চংই অমসুং সংসকৃতি লমদা অমগা অমগা পুশিন্নবগী মমি তাই। পুক্লিং অমদি ৰাখল খেন্নবগী মতুংইন্না চপ মান্নবা পোৎকী মমল অমদি অর্থ লেপই হায়বদুনা বেলজিয়ম সহরদা লৈরিবা নিংশিং খুদম অদুনা শাক্তি অমা ওইরি। খ্বাইনা ইচম চম্না উবা থোইনা খন্নীংডাই ওইদবা অডাং অদুবু বেলজিয়মবু নুংশিজবা পামজবা মীওইশিংনা কয়াগী মতিক মমল য়াম্না অমদি অর্থ লৈনা লৌমবা অদু উবদা পুক্লিংদা থুক লাউবা ফাওই। অদুগা পোৎকী মমলদি থম্মোইদা লৈরে, পোৎশক অদুমক্তা লৈত্রে। থম্মোইদগী থোরকপা নুংশিবগী ইরিকমা চাইবদা বেলজিয়মগী অডাং অদুগী মমল মাইদ্রে। অউবা মীওই খুদিংমক্তা মহাক্কী নুংশিবা অদুবু নৌহৌনা নিংশিংনরি অমসুং তুংদা লাক্কদবা মীরোল কাবুসু নিংশিংহনখিগনি।

Brussels সহর অসি মী য়াম্না তাবা অমসুং অপিকপা মফমনি। সহর অসি য়েংবদা ইচিন-চিনবা থোইন-হেন্না অচিকপা মফমদি ওইদনা উই। ঐখোয়না লৈরুবা Youth Guest House অদু হৌজিক কালগী মখল মথেলগী খুদোংচাবা পুম্নমক ফংই। অয়ুক অমা য়েংবদা সহর অদু য়েংনিংডাই লৈত্রে, অদুনা অহিং অমতু লেম্লগা নোং হেক ডানবগা ঐখোয় পুম্নমক চংনবগী থৌরাং তৌনরে। ঐখোয়গী পোৎচৈশিংতু ইশা ইশা অদুমক পুন্নে, পোৎ থাংদোক থাংজিন তৌনবা মীকা লৈবা জাৎ নত্তে।

পোং-চৈ য়াম্না পুবী ইমান্নবীশিং অতুদি অব্বাবা মশক ওইরে মফিবু শেন্নগদরা মপোৎপু শেন্নগদরা মফম খঙনব্রে। মীগী মতেং পাম্বরে অমনা অমগী মতেং পাংবস্থু ব্রানরবা মফম অমদি মতম ওইরে। অনিংবা অদু থুংদ্রবদি মীওইবদি শাওই কনাদা করিগী শাওরিবনো হায়বদু খঙবা জাৎ নত্তে। অস্মুম্না মফম মরাং খঙদনা মহৈ মহৈ শাওনবস্থ য়াওনরক্লে। লম কোয়বা চৎপা খুংঙাইবনি অফবা উবদা পুক্লিং অপেনবা মুংঙাইবা ফাওই। মুংঙাইবগা লোয়ননা অব্বাবস্থু য়াম্লি, অককনবা মতমদা অতমনবা মফম য়োবা তাবনা ফমদুনা মুংঙাইনা চাব-থকপগী মফম ফংলকব্রে। অদুনা অয়ুক পুং ৯ দা Breakfast লোয়রগা lunch দি য়োমদুনা পুরে। ঐখোয়না Amsterdam দগী তোংখিবা বস অদুমক্কা ইউরোপকী লৈবাকশিংদা বোয়না কোয়না অদুমক চংলে। ওক্টোবর থাদা নিংথমথা চংলকুনা ইউরোপকী লমদমশিংদা নিংথমথাগী অইংবা হায়বদু ওইরবস্থু বসকী মনুংদা অমদি য়ুমগী কা মনুংদদি অইংবা ফাওদে। বসকী থোং হাংদোক-হাংজিন তৌবসি ড্রাইভরগী মনাক্কগী স্থুই অমা নম্নগা অদুমক লোইরে। ইশৈ শক্লুনা য়াম্না মুংঙাইনা চৎলি, সবকশিং অদু শৃং শৃং নাম্ল অকুৎ-অতোং অমা ফাওবা থেংনদে; গাড়ীস্থু বম্না থৌই। লম্বীদা নমথি-হাথি, অমদি ফত্ত-হৌদি অমত্তা থেংনদে কনানস্থু লম্বীদা ফত্তবা পোৎ হুন্দোক্লদে। বস মনুংদা অচা-অথক তৌবগী অরেম-অপা পুন্নমক ফমফমগী নাকনদা Plastic bag অমমম থমইবা অদুদা থাদে। অদুগা অমোৎপশিং অদু বসনা

লেপ্পা ষ্টেসনদা কুমলগা Dust bin দা থাদনৈ। বস ষ্টেসন্দা মপাল থোককম (toilet) লৈরিবা অদুদা মপাল থে'কে হায়রবদি পৈশা তিংদ্রবদি য়াদে। পৈশা লৌশিন্নবা মী লৈরমবস্থু য়াওই, অদুবু অয়াম্বা মকমদদি মী লৈরমদে, অককনবা শেলগী মরেক অদু থাদদ্রিবমখৈ থোং হাংদোকাক্তে। অদুনা তংথাইফদনা মপাল-ইপাল থোকপগী শেল থরদি তিংদবা ময়াদরে। লুরিবদি শেল মরেক কয়াম্বো অমদি করম্বা শেল মৌছিন অদুদা থাদগদগে হায়বসিনি। লৈবাক অমদগী লৈবাক অমা লানশিনবদা শেল থরদি ওন্থোকপনা থুাইদগী অফবা অমদি অশিংবা ওইরে। শেল ওন্থোক্লবগী থুদোংচাবস্থু বস স্টেসন্দা অদুমক ফংই থোইনা বানিংঙাইদি ওইদে। ইউরোপকী লম্বী সরকশিং অসি ওন্থোক্লা ফজনা শেমগ্রে—লম্বীগী মতাই মতাইদা নেম্না নেম্না থাউমৈ থাল্লি, লবুক-লমচাং যাম্না নান্না ফজৈ হৌরিবা উশিং চাং চপ মান্ননা ৱাংই মচু মচুগী মনা পাল্লি। য়েংখি য়েংখিবা মাইকৈদা পুক্লিং তুজ্জনা নুংঙাইবা অমদি অপেনবা ফাওই। অয়ুক, নুমিংযুংবা অমসুং নুমিদাংৱাইরম মতম অহুমমক্তা কোইরৌহন-গদি ঐশোয়গী লৈবাক্তা থোকপগুম্না অদুম্মক চপ মান্ননা থোকই। নুমিংকী মঙালনা পৃথিবীদা লৈরিবা পোং থুদিংমক্তা চপ মান্ননা য়েন্নবস্থু ঈশিংদা তাবা মঙাল, লৈবাক্তা তাবা মঙাল অমসুং মিংশেলদা তাবা মঙাল খেন্নবগুমনা লম লম অদুদা ওইরিবা ফিভমগী মতুংইন্না অথোই অহেনগী ৱাথল অমা পুক্লিংদা ফাওহল্লি। শিংথিজনা ফজনা শেম-শারবা মফমদা তাইবং মপুনা ভক্তবু

চানবিবগুম্না থোইনা হেন্না ক্ষজহল্লি। চাওখৎপা হায়বসে খম্মোই নুংদগী হৌরকপা ইহৌনা মপালদা ফোংদোরকপনি হায়নিংই। অহুম্না অরেপ্পা লৈতবা থৌবা গাড়ীনা বেলজিয়মগী সিমানা লাম্থোক্লুনা নোংচুপ জর্মন লানশিল্লমদায়গী বস ষ্টেসনদা গাড়ী চেক তৌবগীদমক লেপখি। গাড়ীদা তোংলিবা ঐখোয় পুম্নমকস্তু Pass-port কা লোয়ননা জর্মন পুলিস চংলক্লুনা গাড়ী মনুংদা চেক তৌরক্লে। তাঞ্জা অদুদা শেল ওম্থোকনি হায়দুনা ঐখোয় কাংবুগী মী অনিখক কুমথখরে। মী কুমথখিবা অদুগীরা করিগীনো মরম চপ চাবা খংদে ঐখোয়গী গাড়ীদু সিমানা লাম্থোকপা য়ারোই হায়দুনা খামলে অদুগা পোৎ-লৈস্তু চেক তৌগনি হায়দুনা পুলিসকী মক্ষম অদোমদা গাড়ী থৌজিলহল্লে অমস্তুং ড্রাইভর অদুদি পুলিস অফিসকী কা মনুংদা চংখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা ড্রাইভর অদুনা 'very bad very bad ten doller' হায়রগা শাওনা থোরকলে। মরম হংনবদগী খংলে মদুদি জর্মন পুলিস-শিংনা ড্রাইভর অদুদগী দোলর তরা লৌহৌরে অদুনা পোৎকা অমতা চেক তৌদ্রে চৎপা য়ারে হায়দুনা জর্মনরোমদা গাড়ী থৌজিল্লে। ঐখোয়না হায়নৈ পুলিস হায়বা অসিদি মকম খুদিংমক্তা চপ মান্নবা জাৎনি, মীঙোন্দগী ধমকা তৌদুনা পৈশা লৌবগী হৈনবী অসি পুলিসকী থবক অসিগা অম্ম্মক লোয়ন-বগুমলে। বসতা তোংদুনা ময়াম পুম্না চংমিন্নবগী মুংঙাইবা লৈ কনানস্তু করিগুম্বা অকুবা রাথল অমা খম্নবগী মতৌ উদে, ঈশৈ শক্লুনা লাংদুমা নোক্লুনা চৎলি। ঐখোয়মা ইউরোপকী নিংথিজরবা

পাক-চাওরবা সরকশিং অদুগী মথক্তা/লম্বী শিং অদু অমগা অমগা জালিগী মতোগুম্না লোনশিন্নদুনা য়েংশিন্নবা মাল্লি—মথক মথা নোংপোক মোংচুপ খা-ব্রাং বসশিং কারশিং অয়েপ্পা লৈতনা কন্না কন্না থোদুনা চংলৈ। ট্রক পরেং পরেং কার হাপ্পুনা চংলি অতোপ্পা লৈবাক্তা থাদোক্লবা পুবা মাল্লি। লম্বী ফজবা অমসুং মরোং মরোং মফাং মফাংনা চংনবা অসি জর্মনগী কমদমদনা থরা হেন্নাউবা ফংই। অসুম চংলিঙৈদা মপাল থোকনিংবা ( toilet ) য়াওরকলে ঐখোয়গী ভাবক্তা তৌবগুম্না মফম চাবা অমদা হেক্তা থামলগা মপাল থোকপা য়াদে, অদুনা ঐখোয়গী ড্রাইভর অদুনা কৈথেল মচা অমদা লেপ্লে, অদুগা হোটেল অমদা চংদুনা মহাক্না করিগুম্বা খর চারে। মহাক্না অদুগুম্বা চারিঙৈ অদুদা ঐখোয়বু toilet দা চংগল্লে। মহাক্না চারিবদু থোইদনা লাম্বগী বা নংবমদ্রে ঐখোয়বু toilet পুশিনবা য়াননবগীদমক্তা চাবনি হায়বা খঙখি। চাওখৎপা লমদমদদি মপাল-ইপাল থোকপগীদমকসু শেল তিংবা তাবনি হায়বা পারা অমদি খঙজিল্লকলে। লুবা-নানবা অমসুং নিংথিবা ফজবা তারবদি পুক্লিং হকচাংসু নিয়ম অমগী মথাদা মফম মতম নাইনা থমগদবনি হায়বা পারা অমদি চাওখৎলবা কমদমশিং-দগী তমমিংঙাইনি। অক্টোবরগী তাং ২১ গী মুমিদাং পুং ৮ তাবদা জর্মনগী Dusseldorf দা লৈবা Youth Guest House দা ঐখোয় থুংলে। মফম অদুদসু চাব-থকপগী মওংসি ইমান মাল্লৈ ব্রেড, বলশিং অদুমক পি, মশা মশানা লোনদুনা চাবনি। মীনা মীগী সেবা তৌবা পাখন শিবা মীগী মতেংনা হিংবগী মওংসি

ভারতকী অফিসারগী মুপীশিং অতুনা ঈশিং পিয়ু চা পিয়ু হায়তুনা ইংরাজীদা হোস্টেলগী মীশিংতুদা হন্না হন্না হায়। অতুবু মখোয় থোইনা ঙাবা নাচুংবা উদে, লোলদি খঙলমবস্তু য়াই অতুবু কনাস্তু খুমদে, য়েংবদমক য়েংই। মশা চংতুনা তোজো লৌজো হায়বগী মওং মাল্লি, 'Lemon Tea' হায়দুনা মুপা অমনা Trolley দা ইন্দুনা পুরকলগা থমলমই অতুনা লোয়রে, গ্লাসকা ইশা ইশানা লৌজতুনা চাতু থক্করে। 'Self-help, Self-help' হায়জবদি তাই। নিংতম্বা হায়বসিদি মীগী মপাল ঙাংদবা ইশানা ইশাগী থবক পুম্নমক তৌজবা ঙম্বা অতুবুনি হায়বসি জর্মনীশিংনা হিংলিবা পুন্সিগী মওং অসিনা তাকপগুম তৌই। জর্মনীশিং অসিস্তু রুশিয়ানশিংগুম্বা চীং লেম্বা থবক কনবা ফাগি-জোগাই কয়া হাক্লা পামদবা মীতা ওইনা উই।

অহিং অমা লেল্লগা বস তোংতুনা নোংচুপ জর্মনগী কোনুং Bonn দা চংলে, মখোয়গী কৈথেলতু য়েংলে, পোৎ-চৈ য়োনবা দুকানশিংতু য়াম্না চাওই অতুগা পোৎশিং অতুমমক থেন্দুনা থমই মী য়াম্না লৈতে পেল-লৌশিন্নবা মী অমা অনিদমক Counter দা ফমই। মখোয়না য়োল্লিবা পোৎ ময়োনতু ভারতা ওইরবদি পোংকী মশিং মফম খঙদনা মবেং তাখিদবা মাল্লি। ঐখোয়না Bonn দা থুং লগা ভারতকী Ambassador গী ময়ুমদা চংলে চানচিংবা থক-চারে Group Photo অমস্তু লৌরে। মতুংদা বস তোংতুনা সকর অতু য়েংলে, খোইদোক হেন্দোকপা খোইনা উরকতে। চাক চাবা হৈনবা ঐখোয়না চাক ফংলকতবা অতুদা মুংঙাইতবা অমম্বুং পুক্লিং

নুংশিবা ফাওরকই । লফোই অনিদমক পুঁল plastic না য়োমশিন্নুনা য়াম্না নিংথিজনা শেম-শাই মমলদি German Franc ২ নি । ঐখোয়গী লুপাদা ওস্তোকলবাদ লুপা ৪ খুর হোল্ল । তাংলবসু তাংনা চাদবা য়াদবনা লৈতুনা চারে । জর্মনগুম্বা লমদম অসিদি উহৈ ৱাহৈকা কয়া হৌদবা জাংনি উহৈশিং অসি Tropical countries হায়বদি ভারতকুম্বা অমদি আফ্রিকাগী অশাবা লৈবাকশিংদগী পুশিল্লকপানি হায় । মীরৈবাক্তা চংতুনা মখোয়গী চাওখৎপনি হায়রিবা মফমশিংদু উবা ফংবা মীওইশিংতু উনতুনা ৱারী ৱাতাই শাবা ফংবা, অমরোমদা নুংঙাইবনি হায়বা য়াই । মতু পামজক্কবা মীশকশিংনদমক নুংঙাইজব মওংনি । নুংঙাইবা অতুগা লোয়ন-লোয়ননা নুংঙাইতবা অমাবা কয়াসু ঐখোয় চংলিবা কাংলুপ অতুদা য়াওদবা নত্তে । কনাগুম্বনা চাবা হৈনদবগী অৱাবনা কপ্পা ফাওবা য়াওরকই শেল থুম ৱাংশিল্লকপগী অৱাবসু কোংগাইনি । অমগা অমগা মত মাপ্পরক্কবা খৎননিংবগী ৱাখল পোক্করকপসু উবা ফংই । মীওইবনা ৱারকলবা শেল-থুম লৈরকতরবা মতমদা পুক্রিং লাংঙকই শাওনিংবা পোকই, করিসু লৈতবা মরম অমগীসু হেক্তা শাওরকই । অপাম্ববু থিংবা ঙমদ্রবদি নুংঙাইবা লৈতে, অপাম্বা লৈতবনা নুংঙাইবগী ঙমখৈনি । নোংচুপ জর্মনগী কোনুং Bonn দা লৈরিবঁদা জর্মনগী থ্বাইদগী চাওবা নুপী সংস্থান German Women's Committee গী মেম্বরশিংগা উন্নতুনা ৱারী ৱাতাই শাবগী ভাঙ্গা ফংখি । অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদগী জর্মনদা Drug problem অমা চাওনা

চংথরকপনা মুপী-মুপা খাক্তনা মরুওইনা মুপীশিংনা হিদাক শিজিন্নবগী রাক্ষম অমা চাওনা চংখরি হায়বা German Women's Committee গী General Secretary না হায়। অম্মুম্না মখোয় ময়াম উন্নদুনা বারী রাতাই কয়া শারবা মতুংদা মক্ষম অমদা অমুক চংনবগীদমক শেম-শারে চাকলেন য়োমহুনা পুরে। ঐখোয়গুম্বা চাকচাম চাবা মীওইদদি মখোয়গী bread, butter, cheese য়োমহুম্বা পুরগা চাবা হায়বসে অরাবা অমা ওইরকলে। চাবা হৈনদবা অমদি পুক লাম্বগী অরাবনা কপনিংবা হায়বদু য়োনরে। অদুবু করমদি তৌনি-গতি লৈতে অতোপ্পা চানবা মহুৎ শিননিংঙাই লৈতে রাম্না বানা অদুমমক লেনবা তাগ্রে। অরাবা অমম্তুং মুংঙাইবা অনিমক পুম্না চংখিন্নৈ হায়বসে য়ুমদগী মপাল খোক্তুনা ইতোপ-তোপ্পা মীংমলেনদা লৈরবা মতমদা ময়েক শেংনা খঙলকখি। Bonn দগী Munchen তান্না বস তোংদুনা চংলে। Munchen চাওদবা সহরনি। পোৎচৈ হোংই কৈথেল কাহুনা পোৎ লৈক্ষমনি। ইউরোপকী লৈবাক অতৈদগী মীশিংম্মু যাম্না লাকনৈ। ঐখোয়গী খোংচৎ অদু থুজিল্লকলে, কৈথেল নংনবা চেনবগী মওং ওইরকখি পুং অমরোমদং Munchen দা লৈরগা বস অমুক তোংদুনা Austria লানশিল্লে। নিংথিজরবা লবুক লমহাং অমম্তুং উগী পরেং পরেং হৌরিবদু উবদা লম শাংনা চংলকপগী অরাবদু হেক হেক কাওথোকপগুম তৌই। চীং অমম্তুং উরক্কী লম্বীশিং মরক মরক্তা থেংনৈ। অসুম্না চংপনা অক্টোবর তাং ২৫ গী মুমিদাং

পুং ৫ তাবদা ঐখোয় Vienna সহরগী Wolf Hotel দা থুংলে। মকম অতুদম্ম ঐখোয়বু ওকপা গায়ড অমা লৈরম্মী। মহাক ভারত্তা লাক্লমলবা মীওই ওইবনা ঐখোয়গী চান-থক্লবগীদমক খর খঙনা শিনবিরে। নোংপোক ভারতকী মীওইশিংনা চাকমা মরু-ওইনা চাই হায়বসে খঙলুনা মহাকনা ঐখোয়গীদমক অহাওবা চাক অঙৌবা পিজরে। চাক মতম কুইনা চাংক্লবনা ফম হাওখি। পুক থর থনতুনা ঐখোয় পুন্নমক হয়াওনা অহিং অতু তুম্মরে। নোংছেক ঙানবগা ঐখোয় Vienna সহর য়েংবা চৎকনি হায়না পাউ ফংলে।

# Vienna ভিয়েননা

ভিয়েন্না সহর অসি য়েংবদা য়াম্না নিংথিজবা মফমনি, সংস্কৃতি খিবিক্কী পুনফমনি, ইউ এন ও গী এটোমিক ইনরজি সেন্টর সহর অসিদা লৈ। থাংজ অমসুং নোংমাইজিং খুদিংদা ইউরোপকী অতৈ লৈবাকশিংদগী মী য়াম্না কোয়থোকপা লাকই। সহর অসি recreation গীদমক মখল মথেলগী খুদোংচাবা লৈ। চয়োল অমগী মনুং মুমিং মঙানি থবক ব্রানা শুরবা মতুংদা থাংজ অমসুং নোংমাইজিংদা পুন্সিগী মুংঙাইবা মহাও অমতং য়েংনবগীদমক চৎথোকপা তারবদি ভিয়েন্নগী Wien village দা চৎলগা মহাও লৈবা য়ু গ্লাস অমা অনিদং থক্কুমা অব্রাবা কয়া কাওনবা মফম অমা ওইনরি। অমগা অমগী ব্রা ঙাংনবগী দরকার থোইনা লৈতে ঙাংনিংবা লোল অমা হেক্তা ঙাংবা য়াবা অসি ভিয়েন্নাগী recreation সেন্টেরগী থোইদোকপা মওংনি। জর্মনদগী চেন্থরকপা Danube তুরেলনা ভিয়েন্না সহরদস্থু য়েংলরি। ডান্যুব টাব্রারদা লৈরিবা রেষ্টুরেণ্ট অহু মী ৪০০/৫০০ ফমগা য়াই। Kohlenberg কী চীংদোলদগী য়েংথরকপদা সহর পুম্নমক উবা ফংই অশংবা অঙাংবা অমসুং নাপু মচুগী মনাশিং পানবা উপালবীশিংনা চীংগী লম্বী নাকন অনিমক্তা হৌরি। ফজরবা লাইনিংশং অমসুং চীংথক অহুদা লৈরি। মহৌশাগী ফজবা অমসুং নিংথিবা থিবিক অতুবু উরুরগা পুক্নিংদা অইংবা অমসুং নুংঙাইবা পুন্না ফাওবগুম তৌই। অসিগুম্না ফজরবা ঈশ্বরনা শেমবিরম্বা মফম অসিদা হৌজিকী মীওইবা জাতিগী চাওখৎপগী নিংথিজরবা

খুৎশেমগী অচৌবা দলাল—শংশিংনস্থু ভিয়েন্না সহরবু হেন্না ফজংল্লি। সহর অসি আন্তরজাতিগী পুনফম অমস্থু ওইরি। পৃথিবীগী Trade fair গী নিংশিংথুদম অমু উবদা পুক্লিংদা তুজুংবা ফাওই। পৃথিবীগী কলা বিদ্যাগী সেন্টর অমস্থু ভিয়েননা ওইরি। House of Opera, Academy of Arts অমস্থুং Hotel Impurial নচিংবা য়েংবা য়াবা অমদি পুন্সিগী মগুন চাং য়েংবদা মতিক চাবা পন্নীংঙাই ওইবা মফমনি। Queen Maria Annittote গী Castle অমু উবদা পুক্লিংদা অইংবা অমস্থুং নুংঙাইবা অমা ফাওখি। ঐখোয়গুম্ব ইথোক্লবগী মচাক লেত্তবা অমদি পাউ তমফম খঙদবা মীওইনা করি হায়না হায়গনি। কনাগুম্বা অহৈবা মীওই অমনা উরম্বা থোকলবদি অতাম্বা মীপুন খুদংবু নুংঙাইহল্লমগনি নিংই। মী অমগা অমগা থেন্নবা অসি মগী মাগী ফোংদোকপা ভম্বগী শক্তি থেন্নবদা থুরমখৈদি লৈবা ওহরে। লৈবাক অহুদা ঐখোয়না উজরকপা অহুদগী খঙবা হায়রবু Austrian শিং অসিদি ফজবা অমদি নিংথিববু হেন্না পানজবনা হিংনবগীদমক থবক শুই থবক শুনবগীদমক্তা হিংবা নাত্তে। অতৈ অতোপ্পা Austria গী সহর য়েংনবা ঐখোয়গী প্রোগ্রামদা য়াওত্রে। অদুনা নুমিদাংৱাইরমদগী ঐখোয় শেম শারে। লংথৈ চৎপসিদি করিগুম্বদস্থু হাথু হাথু য়াম্না তৌনৈ, ফিরোল নিংখিংনা শেৎচিন-খোংচিন্নবগী মতম ফংদে। খুৎলৈ খর থুদ্রেবদি ইরুজ-মাইথজবা ফাওবা তৌনদবা য়াওই, মী য়াম্বনিনা ইরুজবগী স্থু কিউদা ঙায়নৈ। পোৎ য়াম্না পুবা অমদি অকে-অমৌ পামজবা মীদি ইউরোপকী কুলি লৈতবা থবক চিনবা লমদমশিংদদি অরাবগী মশকনি।

# স্যুটজ্বালেণ্ড

জর্মন অমদি অস্ট্রিয়াগী লৈবাক মাঙ্গবা লমদম লাম্মোক্তুনা পৃথিবী অনিশুবা চীংজাও 'আলপস' কী চীংয়া ফাওদুনা বস অদু স্যুটজালেণ্ড তম্না অতৈংপা লৈতনা থৌজিল্লকপন। অক্টোবর থাগী তাং ২৭ কী অয়ুক পুং ৯.৩০ তাবদা স্যুটজালেণ্ডগী সিমানা লালশিল্লে। চীংগী লম্বীনি, ইউরোপকী তম্পাক্কী পাক চাওরবা সরকশিং অদু উরকত্রে, উরক-ঙারক্তা চংপা অপিকপা সরকশিংগী মথক্তা চংপনি, উননা কুপ্পা চীংজাওশিং, পাংশিং ঈশিং চাইবী মচা মচা কয়ামরুম উরকখি, চীংনুং ফাওদুনা চংলি। য়েংলু য়েংলুবা মাইকৈদা মহৌশা লাইরেম্বীগী নিংথিজবা দৃশ্যশিংদু উবদা পুক্নিং হুদবা ঙমদে। মহৌশাগী ফজবশিংদুগী মরক মরক্তা মীওইবগী খুংশেমগী হৈকোল লৈকোলশিং অমসুং পিকতক চেংতকপা যুমশিং অদুনা অমুক হেন্না নিংখিজহল্লি। মহৌশাগী নিংথিজবা অমসুং খুংশেমগী হৈশিংবা অনিমক পুনশিনবগী শক্তম অমা স্যুটজালেণ্ডগী লমদমদা উবা ফংই। বাং চাউরবা আল্পস চীংজাওগী মঙোনশিং অদু হন্না কুপশিন্দুনা লৈরে। চীংশিংগী মরক্তা চংনবা লম্বীদি 'TITLIS' হায়রিবা বিজলীগী মতেংনা চংপা অতিয়াগী গাড়ী অদুনা তৌনৈ। কালেন অমসুং নিংথম থা অনিমক্তা হরাও তয়াম্না চেন-চোংদুনা শান্নকম ওইরিবা Luzern সহরদা ঐখোয়গী কাংলুপ অদু থুংলে। নুমিদাংবাইরমগী মতম ওইবনা নুমিৎনা নোংচুপতা লৈথখিদুনা মঙালতমক পাংকী ঈশিংদা য়ৈরকপদগী থোরকপা মঙাল মরিক মরিক অদুনা অউবা মীগী মিৎ থকহল্লি। স্যুটজালেণ্ড অসি চীংলক্তা

লৈবা চীংনা ইকোয় কোয়শিনবা অপিকপা লৈবাকনি। মশাগী লৌউ-শিংউবগী থোইদোকপা পোৎথোক লৈজদে, অতোপ্পা লৈবাক্কগী পুশিল্লক্কুনা চাবনি। মখোয়গী মরু ওইবা থবক্তি ঘড়ী শাবনি. পৃথিবীদা ফাওরিবনি, ঐখোয়না তারবনি। শিনফম অতু উরুবগী নুংঙাইবা অমা Luzern সহরদা উবা ফংজখি। লম কোয়বা লাকপদগী ফংলকপা আয়না স্থুটজালেণ্ডগী মরু ওইবা শেল লাকফম অমা ওই। Luzern সহরদদি তুকান অয়াম্বা ঘড়ী ঙাক্তা য়োল্লি পোৎলম অম্বাম্বদস্থু ঘড়ী হেক্তা হাপচিল্লি। ঘড়ীগী মৈখেৎ, লৈতেংগী উপুমচা, ঘড়ী খুজি, খুদোপ অমস্থুং মখল মথেলগী, য়ুমগী লৈতেংশিং ঙম্মক্তা ঘড়ী হাপ্পা ফংই। 'Cuckoo Clock' হায়দুনা মিংথিজনা লৈতেংবা কক্লাং ঘড়ীদা কোকিল অশাবা অমনা পুং খুদিংগী খোংহুনা মতম তাকপা ঘড়ী মখল অমি স্থুটজালেণ্ডগী তোপ তোপ্পা পোৎথোকনি। ফ্রান্স, জর্মন অমস্থুং ইটালিনচিংবা থংনবা লৈবাক্কী মীওইশিংনা অয়াম্বা স্থুটজালেণ্ডদা খুন্দাদুনা লৈ। স্থুটজালেণ্ডগী ইতোপ-তোপ্পা মওং অমনা পৃথিবী লৈবাকশিংদগী কনাগুম্বা মীওই অমনা স্থুটজালেণ্ডদা লৈবা বেঙ্ক অমদা শেল থম্বা য়াই। মতুবু থোইনা থিগৎ-খোৎকংপগী বা কয়া লৈতে হায়না হায়। Zurich সহরস্থু ঐখোয় কাংবুদো য়েংলকখি, মক্কম অতুদা নুপীশিংগী মিটিং অমস্থু য়াওরকখি। মহৌশাগী নিংথিজবা ফজবদা ফাওরিবা লৈবাকনি। 'স্থুটজালেণ্ড' য়েংবা য়াবা মফমনি, চীংশাং পয়েংদা উনগী মপৈ মপৈ লৈবা থেংনবতু ওস্থোকপা মখলগী নুংঙাইবনি, হৈ, লৈ নিংথিজনা মফম



মফমদা হৌবস্থ থেংনৈ। মফম অদুদা লৈরিবা মীওইশিংগী মায়থোং অদু হন্নাও তয়াম্না ঙম্নমক উই। মীওইবগী ৱাখল অমস্থং থম্মোয়গী অৱা নুংঙাইগী মওং অসি মফম অমস্থং মতমগী মতুংইন্না ওইবগী ৱাফমসি খর মখৈদি চুম্বা জাৎনি হায়বসে স্থটজালেণ্ড লমদমনা উৎলি হায়নিংই। চীংনা কোয়শিনব, পিকতক পিকতক্ষপা লম্বীশিংদা বস তোংদুনা কোয়না কোয়না চৎলিবৈদা ইরমদম মনিপুরবু নিংশিংলকই অমস্থং খল্লকই 'Manipur is the Switzerland of India' হায়বদুদা খরগী মখৈদি চুম্বগী মওং লৈ। তৌবদবু লুবা নানবা ৱাৎপা অমস্থং শেমগৎ শাগৎপিবগী মাইকৈদা খেন্নবনা ফজবা মশক তাকপদা অচৌবা খেন্নবা অমদি চাওনা লৈরে। করিগুম্বা সহর অমা, লৈবাক অমবু ফজহনদা অমস্থং য়েংনবা য়াবা মফম অমা ওইহনবা হায়বসিদা মফম অদুদা লৈরিবা মীওইশিংগী ফজবগী ৱাখল অমদি কিরেপকী মথা পোল্লি। মীওইবনা ফজবা পামলবা অমস্থং নিংথিজববু লাইমিং ওইরবদি পামজবা মওং অদু তানবা শোন্নদনমক্কী শেম-শাগৎলকই অদুগা পোৎশক অদুবু ঙাক-শেন্নবদস্থ অচৌবা মতৌ অমা ওইনা হোৎনৈ। অদুনা চানিংঙাই থক্লিংঙাই ৱাৎত্রবা ৱাখলগী লিচিংনা ৱাংনা লৈরবা চাওখৎলবা লমদমদা লৈরিবা মীওইশিংনা ফজবা, অমস্থং নিংথিজববু চেকশিন্না ঙাক-শেন্দুনা থমই। ৱাফমসিমক 'স্থটজালেণ্ড' লমদমদা চুমলে. ঐখোয়গী ইরমদমদা ৱাংলে।

থোইদোকনা নুংঙাইজবা অমদি সুটজালেণ্ডগী পিক্কা নানলবা সহরশিংদা মশা মাল্লবা পুলিস নুপীশিংনা কোম্নাবোং মচুগী ফুরিৎ পান্ষোম অচোনবা অঙৌবা থোংগ্রাও শেক্তুনা লম্বীদা সাইন তৌই। নুপীশিংদু য়াম্না হৈশিংই. য়েংবা নুংঙাই। ইউরোপকী অইত লৈবাকশিংদদি অসিগুম্না পুলিস নুপীমা লম্বীগী সাইন তৌবসি উবকতে। মথংগী নুমিত্তা ঐখোয়গী কাংবু অদু Seelis-berg তা চৎলে। মফম অদুদা ভারতকী ফাওরবা মহেয যোগীগী আশ্রম লৈ। আশ্রম অদু মহেযযোগী না মীওইবা জাতিদা নুংশিবা অমসুং শান্তি পাউজেল চেন্নবগী Hd. Quarters নি। মফম অদু অইত মফমদগী ইতোং ভোঙামলি। হৈনজবা পামজবা মীদি মফমদুদগী থোকমিংলোই। পুক্লিংনা য়ানিংবা থম্মোইনা পামজবা পোংকী মমল নাইদে পামজববু ফংজবা উনিংবা উজবা খঙনিংবা খঙজবা মীওইবগী থম্মোইনা পেনজৈ। বস মমুংদা মতম অয়াম্বদা লৈবা হায়বসে লম কোয়বগী হৌনশানি, মীরমদা মতম শাংনা লমকোয়বগী চাফম থকফম খঙদবগী অরাবা শেল-থুম রাংশিন্ন-রকপদগী পুক্লিং মুংশিবা অমসুং রানরকপদগী থোরকপা অমগা অমগা শাওনবগী মৈশা পুন্নমক অদু সুটজালেণ্ডগী Seelisberg) শীলিসর্বাগ সহর য়োৗবা মতমদা পুমইং ইংথবগুম তৌখি। লোল তিন্নদবা লাইনিং লাইশোল মান্নদবা শক-চু থেম্নবা ঐখোয়গী কাংবু অদু অমত্তা ওইনা শীলিসবার্গকী মহেযযোগীনি আশ্রমদা থুংলে। সহরগী নিল-থোংবা হরাগাড়ী মখোল কোল-কারখানা মৈখুনচিংবা করিগুম্বা মখলগী ইরাং পুরাং অমতা আশ্রমগী

মনাক্তা তাদে অমস্তুং উদে। চিরক্লা-ইংগ্লবা মফম অদু শৃত নাল্লি, নাপিমচা অমফাওবা তাদে। আশ্রমগী মমাংদা উননা কুপশিল্লবা আলপস চীংজাওগী চীংদোলশিং উবা ফংই, অদুগা মথাদা য়েংথখিবদনা শংবান্নরবা ঈশিংতনা থল্লবা পাৎ, থোংশিং য়াম্না চান-চিম্না লৈমিন্নবশুম্না ইংনা ইংনা ভাম্লোইরি। মহেষ যোগীগী আশ্রম মফম অদুদা লৈবগী থোইদোকপা অর্থ অমনা চীংগী চীংখা অদুদা ফ্রান্স, জর্মন, ইটালি অমস্তুং স্যুটজালেণ্ড লৈবাক মরিনা শান্তি ওইনা হিংমিন্নবগী নিংশিং খুদমগী মুংজাও অদু হৌজিক ফাওবা লেংদনা লৈরি। আশ্রমগী চংফম য়ুম্বী নাকল অনিমক্তা 'Government of the World peace' হায়দুনা মার্বলনা থাদুনা থমই। মফম অদুদা লৈরমলিবা অদু তশেংনমক ঐখোয়না খল্লুদবা অতোপ্পা সরকার অমনি। আশ্রম অদুগী মস্তুংদা মদুগী থবক-থনা পুনবগীদমক তোঙান-তোঙান মিনিষ্টর কয়া লৈরি। হোম মিনিষ্টরগী কাংবুনা ঐখোয় ময়ামবু হরাও-তয়ান্না ওক্লে অদুগা ইংনা ফজরবা কা অমদা পুশিন্দুনা ফমিন্নরে অদুগা মখোয়না গুরু (Teacher) অমনা T.M. Technique গী মরমদা ঐখোয় ময়ামদা বা খর ভাংই। ঐখোয়না হংনিংবস্তু অদুম হংনরে। T.M. হায়রিবসি করি হায়রিবনো হায়বদা Transcendental Meditation হায়না তাকপীরকই। অসিগুম্বা মখলগী Meditation অসিনা পুক্লিং হকচাং অনিমকপু ফহল্লি, লাইমা-তিম্না চেলহলদে, অমস্তুং অনাবা ফাওবা ফহল্লি। মসি তোবদা করিগুম্বা অকনবা নিয়ম অমা লৈতে, চানিংবা চাবা য়াই,

শেৎনিংবা শেৎপা য়াই, অথিংবা অমতা লৈতে মফম অমস্তুং মতম লৈতে অশংবা মতমদা নোংমগী মন্নুংদা তাঙ্গা চাবা য়েংহনা হায়রিবা Transcendental Meditation অসি তৌবা য়াই অসিখক্তমক Teacher অহনা হায়। অদুগী মতুংদা চাওরবা হোল অমদা ঐখোয় পুন্নমক চংহল্লে, নিংথিজনা শেম-শারবা হোল অদুদা মী ৬০০ রোমনা মতম অমতদা পুন্না ধান তৌবা য়াবা মফমনি। ঐখোয়না ফমলবা মতুংদা কুচু ভৌনা ফজবী ভারতকী শিল্পগী শাড়ী ফজনা শেংলবী ইউরোপকী নুপীশিং চংলক্লে। মখোয়শিং অসি মহেষ যোগীগী আশ্রমদা লৈবী মহেষীদা লাইমিং লৌরবী মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা মীয়ামগী সেবাদা চংলবী ওজা (Teacher) মিংথোল ফংলবী ভাক্তনি হায়বা খঙলে। মখোয় Teacher অমমমগা ঐখোয় অমমমগা মখোয়না পুবা কাদা ঐখোয় ভম্নমক চংনরে। মখোয়না ঐখোয়দা লাইমিং পিগদৌরিবনি হায়। ঐস্থ ঐগী Teacher গা লোয়ননা মাগী কাদা চংলে, ওজা অদুগী মমিং Andreu Huttmaun কৌই, মহাক জর্মনীনি নহানি, মহাক্কী নুপাস্থ আশ্রম অদুদা পুন্না লৈমিন্নৈ হায়। মখোয় family গী ওইনা য়ুম চত্নমুক অদুগা অতোপ্পা single গী য়ুম চত্নমুক অমগস্থ লৈ হায়না তাকপিরকই। রারী ভহাক শারবা মতুংদা ওজা অদুনা কৃষ্ণগী অয়েকপা মুর্তিমচা অমগী মমাংদা ধুপ থাউমৈ থানগৎলে, লৈ অমস্তুং হৈক্ককস্থ কৎলে। হান্নস্থ ধুপ থাউমৈ কৎখিবগী মওং উবা ফংই, কা অদু পিকই ফমুং অমত্তং তরু তরুনা থাই চৌকি অনিদং লৈ, মুর্তি অদুগী

মমাংদা চৌকি অমদা ঐবু ফমহল্লে অতুগা ঐবু মিং উইশিল্লো হায়না তাকপিরে। খল্লি মাগী অসিবু করি তৌগদৌরিবা জাংমো খন্দুনা ঙক্না মানা তৌরকদবা অত্থু ঙায়তুনা লৈরে। থংনবা মিংকুপতা ওজা অতুনা সংস্কৃত কী মন্ত্র খর শোল্লে অতুগা হৈ, লৈ মুর্তী অতুদা কংলে ঐবু শোল্ল হায়তুনা নাকোংদা মন্ত্র অতু তাকপিরে। ঐদি মানা তৌবিবদো থোইনা নৌবা ওইদবনা মিং উইশিন্দুনা মন্ত্র অতু অতুমক শোল্লে। পুক্নিংদদি খল্লি ওন্থোক্না নকপা পোৎ অতু মাইল লিশিং কয়া থাপ্না লাক্নগা মংদা ফাওবা উদ্রিবা মীওই অমদগী অমুক তাররে। অসিনা ওইরে ঈশ্বরগী মফমদদি অরাপ্পা অনকপা, ঐগী মীগী, জাৎ বিজাতি কুচু-কুমেনগী খেন্নবা থমদে, পুম্নমক চপ মান্ননা য়েংই হায়না শক-শোন্নরিবা। ঙহাক লৈরগা মহাকনা ঐগী মিং অতু তপ্না তপ্না পাংথোক্নবা হায়রে অতুগা মতম কয়ামুক কুইগদগে হায়না হংলকই মতু মিনিট ২০ মুক ওইগনি হায়বদা মহাক্না চুমই হায়না মঙক নোমই। অতুদগী পিকতক তৌবা meditation গী কা অমদা ঐখোয় পুম্নমক মতম অমতদা পুন্না মাগী মাগী Teacher না পুরক্লুনা থুংলরে। ঐখোয়না ফন্নবা মতুংদা আশ্রমগী Governor Shri Pandit Sankarcharya Guru লেংথোক্লুনা stages of consciousness কী মরমদা ঐখোয়দা বাহৈ খরদং তাকপিরকই। রা ঙাংবা লোয়রবা মতুংদা Food Minister না ঐখোয়গী চান-থক্নবা শেম-শারে হায়তুনা পাউ পিরতুনা চাক-চাফম কাদা চংলে। আশ্রমদা শা-ঙা চাদে মনা-মশিংঙনা থোং

থাকপনি। কুইনা চাবা ফংলকত্রবা চাক য়েনশাং চাবা ফংজরে ময়ামমক হরাওনরে পুক থর থন্না চাবা ফংজরে। মসি পুম্নমক অসি ঈশ্বরগী থৌজালনি হাংনা লৌদবা ওমদে। মহেষী যোগীগী আশ্রম য়েৌবসি ঐখোয়গী প্রোগ্রামদা য়াওদবনি; Luzern দগী পাউ ফংহনা চংপনি! অহিং অদুমক্তু আশ্রমদা লৈরে মুমিদাংগী চাক চাবা ফংলে। অসুম চংলকপগী মুংভাইজবা পেনজবা মফম অমা Seelisberg কী আশ্রম অসিদা ফংজরে। তশেংনমক পুক্লিংদা অইংবা ফাওই, থম্মোইগী পেনজবস্তু মতম খরদগী ওইরবস্তু ফংবগুম তৌথি। পৃথিবীদা লৈনা লৈনা স্বর্গগী মুংভাইবা ফংগে নিংলবদি স্মুটজালেণ্ডগী Seelisberg মহেষী যোগীগী আশ্রমবু অমনি হায়মা হায়নিংই। অহিং অদুমা লেল্লগা Luzern দা হল্লে অদুগা পোৎ-চৈ থুনা য়োল্লগা স্মুটজালেণ্ডগী খুদম ওইনরিবা চীংদা হক্তুনা লৈবা নোংশা অদু য়েংলগা বস তোংখৎলে চাকয়োম পুরে ফ্রান্সকীদমক বস থোবা হৌরে।

---

# ফ্রান্স

ঐখোয়গী বস অদু পাক-চাওরবা নিন-খোংদবা সরকশিং মখং মথং লাম্ফোরক্তুনা ফ্রান্সকী কোন্নুং পেরিস তন্না য়াংনা অরেপ্পা লৈতনা খৌজিল্লি। লম্বীদা লবুক লক্কাং কয়া থেংনৈ "Champagne" হায়তুনা ফাওরিবা পেরিসকী য়ু অদু শুংনবা পাম্বী মচাশিং থাবা লবুক কয়ামরুমস্থু ফ্রান্সকী লমদমদা উবা ফংই। ফ্রান্সকী লম্বী সরকশিং অতৈ ইউরোপ লৈবাক্কী সরকশিংগা য়েংনরুবদা কয়া নানদে, খর মোংনা উই লম্বীগী চিদাইদা নাপীশিংনা হৌই লৈখোম লৈবা থেংনৈ, ভারতকী সরকশিংগা মান্নৈ। মদুশিংদু উরুরগা পুক্নিংদা খল্লি মখোয়গী মীশিংশি অদুক হাক্লা চিনহাও থিদনা শু-মোম্বা মীওইদি ওইদবা জাৎ ওইরে। অসুম্না মুমিংচুপ্পা অমা বস তোংদুনা চৎলবা মতুংদা মুমিদাং পুং ৮ কা তাবা অদুরাইদা FOYER INTERNATIONAL দা থুংলে। মফম অদুদস্থু ঐখোয় ময়াম পরেং শানা মাগী মাগী পোৎ চৈ পুনদুনা মখাদগী মথক্তা কাখৎলে। পোৎ লুমলবদি ফনা ফজনা রাবা মওংনি, শিড়ি থাক অদু থেক কোয়না চৎলি ফনা রাংনা কাবনি। অদুদগী পোৎশিং অদু waiting room দা থমলগা ঐখোয়গী কাশিং পিনবগীদমক হোটেল মেনেজরদা ওংনরে। ঐখোয়না থুংলুরিবা International Youth হোটেল অসি RED অমস্থুং GREEN হায়দুনা শরুক অনি থোকই।

চৎথোক চৎশিন তৌবা মতমদা RED কী মীনা GREEN দা চংলুরবদি চংফম থিবা ফংজ্রে লম্মাংনরে। মরমদি শং অতুগী শরুক অনিদু অমগা অমগা ফাওনদে। অদুনা ঐখোয়না চৎথোক-চৎশিন তৌবা মতমদা য়াম্না চেকশিন্না তৌনৈ পেরিসকী হরা-নুংশিৎ নুংঙাই য়াম্না ইংবস্থু নত্তে শাবস্থু তৌদে। চাবা-থকপদস্থু ইউরোপকী অতৈ মফমদা ফংবা চানবগী আইতেম-দগী মশিং হেল্লি হাওবস্থু হেল্লি, চাকস্থু চাকলেন অনিমক্তা ফংই। অদুগা অতোপ্পা মওং অমনা চাবিবা থুদিংগী য়ুগী আইতেম অমা য়াওই। ঐখোয়গী মরক্তা য়ু থকপস্থু য়াওই থকতবদি ঐখোয় অমা অনিদনি। নুমিদাং অদু খর ফজনা চারে, অদুনা অহিংদো ফনা ফজনা তুম্নরে। নুমিৎ হুমনি পেরিসতা লৈবগী থৌরম শেমলে।

মথং নুমিৎকী অয়ুক পুং ৭ তাবদা ঐখোয় পুম্নমক ফিরোল শেৎচিল্লে অদুগা পেরিস সহর য়েংবা চৎনবগীদমক শেমশারে। ঐখোয়গী 'ভেরিনা' কৌবা গাইড নুপী অদুস্থু লাক্কুনা ঐখোয়বু ঙায়হুনা লৈরে। মহাক অদু নহানি মশক মতৌ ফজৈ ইংরাজী ফজনা ঙাংই চুরুপ অমস্থু ফৈনা চিংহুনা খর শাওরপ তৌনা ভারতকী বাঙাম ঙাংবী শাড়ী শেৎপীশিং অদুদা মুম্না য়েংই। থেংবগী ঙায়নবা অমস্থং মতম চাদবা অদুগী শাওবা মাল্লি। বস তোংহুনা পেরিস সহর য়েংবা চৎলে, 'LA DEFENSE' দা 'Novel Tower' হায়দুনা য়ুমশাবদা হৈ-শিংলবী নুপী অমনা design তৌদুনা শাবা হৌজিকী মতমগী য়ুমশারোলগী ফজরবা

যুম অদু শাবদা 'Nobel Prize' ফংখি হায়বা গাইড অদুনা ৱারী তৌই।

'LA DEFENSE' গী লমদম অসি সহর ময়াইদনি। হৌজিক্কী মতমগী মওং মওংগী চাওরবা মিংথিজবা শংজাও শংজাও কয়ামরুমগী মরক মরক্তা হৌখিবা মতমগী চিংলেমলবা শংলেন-শিংনা অনৌবা যুগকী ফজববু মগুন হেনগংহনবগুম তৌরি। পেরিসকী লৈমুংগী রেললম্বী (Metro) ওক্রা ফজবগী মনুংদা অমনি, লম্বী সরক হায়ফম থওদবা মওং অমদা শেম-শাবনি। বিজ্ঞানগী খুৎশা হৈবগী অয়োৱী থাক্তা থোরাং তৌদুনা শেম-শাবা সহর অমা পেরিসনা ওইরি। নেপোলিয়ননা মহাক্কী লাম্মীশিংবু ইকায় খুম্নবা উৎপগী নিংশিং খুদম ওইনা শারবা 'Arc of Triumph' অদু য়েংখৎপদা ওক্রি মাই, মিটর ৫০ ৱাংই হায়না হায়। "Saint Cloud" কী পার্ক অদু হেক্টর ৩০০ রোম পাক-চায়ই। থাইনদি নিংথৌগী শা তানফম ওইনা শিজিন্নরম্মী হায় অদুবু হৌজিক্তি ময়ামগী পোথানফম ওইরে। পার্ক অদুগী লৈমুংদা মাইল অমা মথাই শাংবা লৈমুংগী লম্বী লৈরি।

ফ্রান্সতা শিংথাবা মাবা য়েংগদবা মফম অমদি Versailles Palace নি মসি ফ্রান্সকী মঙিং চৎলবা নিংথৌরেল Louis-XIV না শেমগৎলম্বা মহাক্কী কোন্নুং ওইরম্মনি। হায়রিবা নিংথৌরেল অসিনা মহাক্কী অওম অথৌ পুম্নমক পুন্না মফম অমতদা থম্না পামদুনা Versailles দা কোন্নুং শেমলগা থনম্বনি। নিংথৌরেল

অসিগা লোয়ননা Versailles স্থ ইউরোপকী ইতিহাসতা মমিং চাওনা লৈবা মফমনি। হৌজিকস্থ হায়রিবা কোম্লুং অসি মওং ইকায় কায়দনা লৈবগুম তৌরি। হেক চংফমদা য়াং চাওরবা স্নাথোং লেপ্পুনা লৈরি, ঙাক-শেনবগী থবকস্থ অহুম্মক চংথরি। মী লিশিং লিশিংনা মশিং নাইদনা সুমিৎ থুদিংগী Versailles কোম্লুং য়েংবা লাক্লরি। মী লিশিং ৫০০০ কোম্লুং অতুদা লৈবা য়াই। য়াম্না ফজনা চাওবা অমস্থং চৌংলেম্লবা কোম্লুংনি, পৃথিবীগী মম্লুংদা শিংথাবা য়াবা মফমনি। স্নথোং হেক লানশিনবগা chapel অমা লৈ, মতুদা Louis-IV কী মূর্ত্তি অমা থমলি। মী ওকফম কা অচৌবা অমস্থ লৈরি। কোম্লুংগী শংজাও অতুগী শিলিংদা ধর্ম্মগা মরি লৈনবা লাইশিংনা লৈতেংই। কা মশিং থিবা ঙমদনা লৈবা মিৎয়েং তাম্না চাওবা কোম্লুংগী শংজাওনি। পৃথিবীগী ইতিহাসতা মমিং লৈরবা লুইস-১৪ (Louis IV) না মতম শাংনা চহি ৭৫ চুপ্না মনিং মথা তৌনা মতিক মগুন লৈনা পালম্বগী নিংশিং খুদম অতু Versailles কোম্লুংনা মীওইবা জাতিদা হৌজিকফাওবা তাকলি হায়বদা থোইনা লানগনি খুনদে। মচা-মগু মশিং য়াম্না থনম্বা নিংথৌরেলমি। মহাক্কী কোম্লুং Versailles অসিদা মথল খুদিংগী কা থননই, জগোই-ইশৈগী কা, লাইশিংগী কা (Appollo Room, Jupiter Room) মশিং শুনা লৈরি। 'Diana Room' হায়তুনা Billiard শান্নফম কা অমা লৈ, মতুদা কনা অমতা ফমনদে মসি ফ্রান্সকী চৎনবীনি। হৌন লোনচৎ, ফজবদা, অকে-অমোদা ফ্রান্সোশিং

পৃথিবীদা মমিং চংলিবা জাতি অমনি হায়বসি থাইমগী নিংথৌরেল হাক্তকতগী লৈরকপগী মওংসি Versailllles কোম্মুংদা হৌজিক-মকস্তু লৈরিবা মতৌশিংতুনা লেংদবা খুদম ওইতুনা লৈরি। মিটর ২০ শাংবা মিটর ১৭ পাকপা মিংশেলতগী ওইবা কা অমা 'Hall of Mirror' হায়তুনা লৈরি, মথক্কী শিলিং মিংশেল অতু নিংথিজবা কোক্তবা মচু মচুনা য়েক-খোত্তুনা লৈতেংই। লুইস-১৪ (LOUIS-IV) অতু গী ইকোন কোমবা মহারানী 'MarieAntoinotte' কী কা অতু অঙকপা মওংদা লৈতেংই। স্না মচুগী ফমুং কাংথল মথল-মথা য়েক-খোংপগী লাইশিংনা ইকায় কোয়না লৈতেংলি। মনম নুংশিবা থাউ মথল মথেল শিজিন্নবা অমদি মায়দা তৈ-খোত্তুমা অকে-অমৌ তৌরম্বগী খুদম কয়ামক্রম মহারানীগী কা অতুদা লৈরি। থাইন নিংথৌ পাল্লিদৈদদি নোংমদা মরিরক হৌনবী মতুংইমা ইরাৎ পূজাগুম্বা তৌরম্বগী নমুনা মওং হৌজিকস্তু লৈরি। কোনুংগী নোংচুপ, খা অমস্তুং অৱাংদা নিংথৌগী লৈকোলনা কোয়শিল্লি। হায়রিবা লৈকোলশিং অসি হান্না হেক্তর ৫০০ ওইরম্বদগী হৌজিক্তি হেক্তর ২০০ দা হন্নরে। লৈকোলগী মনিংদা ফ্রান্সকী অচৌবা ঈশিংখোং লৈরে। লৈকোলগী ময়াইদা 'Appollo Fountain' না লৈতেংলি। ফ্রান্সকী লৈকোলশিংগী তোপ তোপ্পা মওংদি চাং মান্নবা, মতোল হুইনা লৈকোলদা হৌরিবা ঊশিংগী মতোন ককপা, মচি মচিদা ঈফুৎ (fountain) লৈবা অমস্তুং মফম চানা চানা ঈশিংগী খোং মচা মচা শেম্বা অসিনি। হায়রিবা মওং মরি অসি ফ্রান্সতগী

ওইবা অতৈ লৈবাক্কী লৈকোলশিংদা ওইদবা মওংনি। ফ্রান্সকী লৈকোলশিংগী মপুংফাবা ফজবা য়েংবা তারবদি চহি খুদিংগী জুলাই অমস্থং সেপ্তেম্বর থাদা উবা ফংগনি হায়না গাইড অদুনা হায়। অসুম্না নোংম অদুমা Versailles Palace য়েংবা কোন্নরে।

মথংগী নুমিৎ নবেম্বরগী তাং ১ দা অয়ুক্কী চা থকপা লোয়রবা মতুংদা 'ভেরিনা' ( গাইড ) ঙস্তানা লাকলে। ঐখোয় ময়াম পুন্না বস তোংদুনা পেরিস সহর অমুক য়েংবা চৎলে 'Triumplex Square' রোমদা চৎলে মফম অদুদা লেপ্লুনা য়েংবদা পেরিসকী মাইকৈ মরিমক ইকোয় কোয়শিন্না লৈবদৌনা উই। মফম অদুদগী লম্বী ১২ ফাংনা তোঙান তোঙানবা মাইকৈদা চৎখ্রি। ওস্তোক্লা ফজনা হৈ-শিংলবা শেম-শাবা হৈবা মীশক্লা হৌজিক্কী বিজ্ঞানগা চুনবা শেম্নমবা পেরিস সহরনি। পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী নিংথিজবা শেম-শারবা পেরিসপু মিৎনা শংশংনা উজবা ফংবসি নুংঙাইনিংঙাইনি। নাকোংনা তাবগী ফজবগা মিৎনা উজবগী ফজবগা অয়াম্বা মতমদা নাকোংনা তাবনা ফজবা হেনবনি। অদুবু ফ্রান্সকী কোনুং 'পেরিস' পু উরুবদদি মিৎনা উবমা য়াম্না চাং হেন্ন। ফজরমলে নাকোংনা তাবদদি খরদমক ওইরমলে। অসিগুম্বা খেন্নবা অসি তমইবা মীনা হৈবা রাৎপা অমা নত্রগা থোইনা তানিংনা তারুদবা অমা, অনিগী মরক্তগী অমদি শোয়দনা ওইরমগনি খল্লি। মরমদি পোৎকী মগুন লেপ্পদা পিরিবা অমদি লৌরিবা অনিগী মরক্তা

তংন-থানবা য়াদবা মরি অমা লৈবগুমই। চপ মান্নবা ৱারীদা অহৈবা মীনা তন্নবদি থোইদোক হেন্দোক্না মুংঙাইহল্লি অত্নগা মতুগী ওন্ন-তৈনবা থোক্লবদি ৱারীগী মচং অত্নু ফাওবা মাংখিবা য়াই। অত্নুনা ফজবা অমদি মিংথিজবা হায়বসিম্ন মীগী থম্মোইদা থুপ্তুনা লৈবা জাৎনি।

'EIFFEL Tower' মমিং চৎলি পৃথিবীদা, য়োংতনা শাংবা Tower নি, মসি মিটর ২০০ ৱাংই, টোন ৭০০০ লুমই, শোক ১৮৮৯ দা শারম্মি, শরুক অহুম থোক্না থায়দোকই, থাক ৭৭০ লৈ, অৱোইবা শরুক্তা টেলিভিজন থমলে। হৌজিক্তি অহান-বা শরুক অতুদমক কাহল্লে, মথক শংবতু কাবা য়াদ্রে। Tower গী মনুংদা দুকান লৈ, ফোটো নম্বা য়াই, চাকম- থকফম হোটেলনচিংবসু লৈ। Tower অসি কানবগীদমক ফ্রানক ( মখোয়গী পৈশা ) ২১ পিত্নবা টিকেত অমা ককই, অমুক্তদা মী মশিং য়াম্না কাইনদে। Delhi গী কুটব মীনারগুম্বা জাৎনি। থাক অমতু কাবদা পেরিস সহর ফনা ফজনা উবা ফংই। অতুম্না EIFFEL Tower য়েংলবা মতুংদা ফ্রান্সকী Recreation Centre ওইরিবা মমিং চৎলবা 'Fountainebleau' চীংঝোমদা চৎলে। চীংথক অতুদা পোথা-ফম শং চান-থক্লবগী মফম হোটেলমচিংবা ওন্নমক লৈ। চীংথক্তগী য়েংথরকপদা পেরিস সহর পুম্নমক মমি শাম্না উবা ফংই টেলিস-কোপতা য়েংলবদি ময়েক শেংনা উবা ওমই। হায়রিবা চীং অসি কুইরবা চীং মাল্লি উ পিকতক পিকতক ফজম্না হৌই। উশিং অত্নবু উরুরগা ঐনা লাইরিক্তা পাখিবা 'Mother' না

উশিংস্থ মথবাই পাল্লি, বাগী শাবা যাই হায়বদু নিংশিংলকপগুমই, পুক্লিংদা উশিংদুগা খরা নক্লবদৌনা খনখি। মমত্রিঙৈদা ঐখোয় হোষ্টেলদা হল্লকুনা পোখানরে। মতম খরা হাংনরে হাথু হাথু তৌদ্রে চাব-থকপা ইংবা চারে। হোষ্টেলদা লৈরিবা মুপামচাশিং খরা লাংই, ঐখোয়গী লৈবাক্কী মুপামচাশিংনা তৌবগুমই। নুমিদাংদো খর শংনরবনিনা পেরিসকী 'LIDO' য়েংবা চৎলৈ। 'LIDO' হায়রিবসি কুম্মৈ মখল অমনি, জগোইনি, চাব-থকপস্থ তৌই, পেরিসকী 'LIDO' পৃথিবী ফাওরিবনি। অদুবু ঐদি খোইনা নুংঙাইকম খঙদে, মওং মতৌদা মিংকী কুম্মৈদা থকহনবনি। হরাও ভয়াম্বা পাম্বা মীনা থবাই তাজক্লবগী বানি। পুক্লিংনা পামজক্লবা থবাইনা তাজবনা মহেল্লি হায়বা বাকম অদুগী বাদনি 'LIDO' না ফাওরিবসি হায়না হায়নিংই। পামজবা পোৎ ফংনিংই, চানিংবনা হাওই হায়বদুনি। LIDO য়েংবগীস্থ ফ্রানক ২১ পি। ঐখোয় লোইদনা লাক্লে।

ফ্রান্সতা নুমিৎ হুমনি লৈবনা নোংম অমস্থ সহর য়েংনবগী মতম ফংলে। অদুনা মথংগী নুমিৎ তাং ২ দা পেরিসকী ফাওরবা 'NOTRE-DAME Church য়েংবা চৎলে। Church অসি ১৮ শুবা শকাব্দীদা শারম্বনি—মিংশেলদা মচু-মচুগী লৈরোং মুত্রিশিং য়েক-খোংপা অদুগীদমক মমিং চৎলি। য়াম্না চাওবা লাইনিংফমনি। ইউরোপকী লমদমদা কোয়বা চৎপদি church অচৌ-অচৌবা য়েংবা ভাবনি। হায়রিবা লাইনিংফম অসিদা

য়েক-থোংলিবা কলাবিদ্যাগী হৈ-শিংবা অদুনা ফ্রান্স লৈবাক্কী চাওখৎপগী থাক উংলি। ফ্রান্সকী মীশিং অসি ফজবা অমদি নিংথিজবগী মিংয়েং অমদি রাখলনা থাগোন্নদুনা লৈবগুম তৌই। ঈশ্বরগী অফোংবা শক্তম ওইরিবা জগৎতা হাকথেংননা মমি তারিবা অথোইবা গুন 'ফজবা' হায়বদু য়েংবা তারবদি ফ্রান্সকী কোম্মুং পেরিস সহরদু অমনি। Place DELA CONCORE PALAIS ROYAL নচিংবা ফজরবা মফমশিং অদু য়েংবদতা মিংকী কুস্মে অমত্তুং থম্মোইগী হৈরো মপুং ফারবনি। অফবা অমত্তুং নিংথিবা লৈবগী মতিক ফত্তবা হায়গদরা থর হুন্থবা মওং হায়সিরা অদুগুম্বা মতৌম্তু পেরিসতা উবা ফংই। PIGALLE গী অদুবাইদা অসুম চৎলকপদা কিলোমিটর অমরোম হেন্না শাংবা দুকান নাক-ম্রেৎ পরেং অমা 'SEX SHOP' হায়রদুনা থা থাদুনা sign board থেৎলি। হায়রিবা দুকানশিং অদুদা মওং মওংগী নুপী নুপাগী ইন্দ্রিয়গী Model শাদুনা য়োল্লি, blue picture গী cassette সু য়োল্লি শেল পিরগা picture য়েংনবগী থৌরাংসু লৈ। অসিগুম্বা দুকানশিং অসি অদুক নিংথিজনা ফোংনা ফমবা অমদি য়োনবা অদুগুম্না ইউরোপকী অতৈ লৈবাক্তা উরক্তে। মসিমসু ঐখোয়দদি অঙকপা মওং অমা ওইনা থোকই। উক্ত-তাকুত্রবদি অঙকপা খঙদবা হায়বদু ওইরে।

নুংথিলগী মতমদা 'LOUVRE' হায়রিবা Museum অদু য়েংবা চৎলে। Museum গী শংশিং অদু পৃথিবী ফাওরবা

ফ্রান্সকী থাইনগী নিংথৌরেল নেপোলিয়ন বোনাপার্টকী কোন্নুং ওইরম্মনি। মাং চাওরবা শংলেন অদুদা কা মশিং থিঙমদমা লৈ, হায়রিবা কাশিং অদুদা থাইনগী মতম্মদগী খোমজিন্দুনা থমলক-লবা মখল-মথাগী অয়েকপা লাইতনা পিক থন্না লৈতেংই। জেষু খৃষ্টকী পুন্সিগী রাস্নী অমস্সুং ইবুংঙো মান্না তাইবং মীওইবদা পীবিরম্বা পাউতাকশিং লাই ওইনা য়েকথোক্নুনা মীয়োম মথং মথংনা থনম্বা অয়েকপা লাইশিং অদুনা কাশিং অদু থল্লি। নিংথৌরেলশিংগী পুন্সিগী রাস্নী অমস্সুং মথোয় মথোয়না তৌরম্বা শিংথাবা য়াবা থবকশিং অমস্সুং মরু ওইবা মতম মতমগী থৌদোক রাথোকশিং লাইয়েকপদা হৈ-শিংলবা কলাকারশিংনা য়েকলম খোংলমবা লাইশিংতনা Museum অদু থনলি। মতিক মগুন লৈরবা ফ্রান্সকী নিংথৌরেল LOUIS XIV গী পুন্সিগা মরি লৈনবা লাইশিং মশিং নাইদনা Museum অদুদা লৈরি। হায়রিবা নিংথৌরেল অসি কয়ামুক চাউনা অঙম্বা নিংথৌ ওইরম্বগে হায়বদু অয়েকপা লাইশিং অদু উবগা খঙবা ঙমই। নেপোলিয়ন বোনাপাটকী মরমদা য়েকপা লাইশিংস্তু মশিং থিঙমদনা লৈহৌই। শোক ১৮৮৯ গী 'FRENCH REVOLUTION' মতাংদা থোকখিবা থৌদোকশিং মিংহেক শংশংনা উবা মানবা অয়েকপা লাইশিংতু উবগা য়েকলমলিবা কলাকারশিংবু ইকায় খুম্নবা উৎতবা ঙমদে। হায়রিবা অচৌবা লানহৌ অদুদা কয়াম তমথিবা মঙংদা মীবু মীনা হাংখিবগে হায়বগী শক্তম অদু হৌজিকস্তু 'LOUVRE Museum দা উবা ফংলি। পৃথিবীগী অতোপ অতোপ্পা

লৈবাক্কগী পুরকপা লাইশিংস্থু লৈ, মখোয়গী মনুংদা Leonardo Da Vinci গী পৃথিবী ফাওরবা 'MONALISA' গী original painting অমু 'LOUVRE' দা লৈরি। Museum অমু য়েংবা লাকপা মীনা করক করক ইমৈ, চাওচৎতা য়েংবদা পুং অহুমদি চংই।

মপালথোংগী চাওরাকপা মিৎয়েং অমস্তুং পেরিসতা ওইরিবা মওং মতে শিংমু উরুরগা পুক্লিংদা অস্তুম্না কাওবগাম তৌই, মতুদি ফ্রান্সকী মীশিং অসি শুবা নোম্বনা মপুং কম্না ওইদবা পুন্সিবু শিগনি খঙনা মুংঙাইথোক্কুনা পানবা মাল্লি। মতুস্থু লানবস্থু য়ারি মরমদি মুংগী ফজবা লৈতনদি মপালদা পুখোকপা ঙমগনি থাজদে। পেরিস য়েংবা য়াবা ইউরোপকী সহরশিংদগী খ্বাইদগী ফজবা মকমনি হায়নিংই। ছুটি ওইবনা French Women Committee গী মেম্বরশিং উন্নবা ফংখিদ্রে। অস্তুম্না মুমিৎ হুমনি শুবগী মুমিদাংদা পেরিস থাদোক্কুনা LONDON চৎনবগীদমক সমুদ্রগী হিথাংফমতমনা ঐখোয়গী বস অমু চংশিল্লে। লম্বীদা গাড়ী Tax থিবা-থিদবস্তু computer গী মতেংনা য়েংই। মুমিদাং অমু নোংমাইজিংগী মুমিৎ ওইবনা লম্বী অস্তুম চৎলকপদা 'WEEKEND' গীদমক কোয়থোক্কুবদগী হল্লকপা কারগী মৈঙালনা পরেং পরেং ককচেং চৎপঙুন্না অতৎ অখম লৈতনা থেংনৈ। কার পরেং অতৎপা লৈতনা লাকপগী মতমসি পুং অনি হেল্লি কারশিং ফনা ফজনা য়াম্বা জাৎনি মশিং লৈতে। মসিগুম্বসি উবদগী খঙবা ঙমবদি ইউরোপকী মীশিংদি চয়োল অমগী মনুংদা মুমিৎ মঙানিদি থবক্তমক কম্না শুবা জাৎনি। চয়োলগী অরোইবা

থাংজ নোংমাইজিংদা মীপুম খুদিংমক কোয়থোক চৎথোক্লুনা পুক্লিং ৱাখল সুংঙাইথোকই। অদুনা মথংগী নুমিৎ মঙানিদা থবক অমুক হেন্না কন্না শুনৈ। থবক শুবা নুমিৎ মঙানিগী মরক্তা হৱাও তয়ামদুনা অরেম্বদা মতম মাংহন্দে। মতমবু কুপ্না শিজিন্নবা অমস্তুং মতমগী মমল খঙবনা চাওখৎলবা লমদমগী মীওইশিংনা মীথোই মীহেন্না হিংবা ঙমই। মশাগী নিত্তি নিয়ম ঙাক্না চৎপা মীওই-শিংতনা নিংথিবা অমদি ফজবগী মপু ওইবা ঙমই অমস্তুং পুন্সিবু মশক থোকনা হিংহল্লি হায়বসি ইউরোপকী লৈবাক্তা ওইরিবা মওংশিং অমস্তুং মীশিংগী মতৌ উরুবগা হায়নিংই।

নবেম্বর তাং ২ গী নুমিদাং পুং ১০ রোম তাবদা ফ্রান্সকী হিথাংফম Dunkerque তা থুংলে। লৈকংদগী জহাজ অদু যৌনবা চৎপগী লম্বী অদু কিলোমিটর অমরোম খর হেন্না শাংগনি। হিথাংফমগী লম্বীদু নুংঙাইবা মফম নত্তে মচৌ-মচা নাইবা অকুৎ অত্তোং কয়া লাম্থোক্লুনা অকা-অকুম তৌদুনা চৎপা লম্বীনি। অমম্বা ওইবনা করি করি লৈবা কনা কনানা করম তৌরিবগে হায়বদু শেংনা উবা ঙমদে। মহৈ মহৈ মশা মশাগী পোৎ-চৈশিংদু পুবদা ঐখোয়গী কাংবুদো ফনা শাথিনা ৱাবা য়াওনৈ। পোৎ পুরিনবা মী লৈত্তে। Trolley ইনবস্তু লম্বীগী মওংনা ৱাদে। অমুম্না ৱানা ৱানা চৎনদুনা জহাজ তোংখৎলে। জহাজনা চৎপা হৌঙ্গিৰৈঙদদি ফনা নুংঙাই, জহাজ মস্তুং অদুদা পোৎ-চৈ চান-থরুবা য়াম্না য়োল্লি, য়ূ মখল মখল ফংই Tax লৌদবা দুকানস্তু

লৈ। অপাম্বা মীনা যু লৈহুনা থক্লে। জহাজ মন্নুং অহু য়াম্না চাওবা জাৎনি মথক মথা নাইবা যুমগুম্বনি। অমুক্তা তোংজদ্রিবা ঐখোয়দদি মুংঙাইবা অমদি অঙকপা ফাওই। সমুদ্রগী পুন্সি হায়বহু মতেক অমতা ওইরবস্নু ফংজখি। জহাজ মন্নুং অহুস্নু ইতোপ তোপ্পা সংসার অমনি, মী য়াম্না চনথ্রবা জাৎনি। কুম্মৈ সিনেমানচিংবস্নু য়েংনৈ। জহাজনা চৎপা হৌরক্লবা পুংখায় অমগী মতুংদগীদি অমুক্তা তোংদ্রিবা ঐখোয়দদি হৈনদবা ফাওরক্লে, ওনিংলক্লে, কোকস্নু ঙাওরক্লে। অহুনা তুম্বা থেমহুনা নিং উইশিন্দুনা থাংলে। অহুমকপু হকথেংননা জহাজ তোংহুনা চৎপা ফংজবগী অনৌবা পুন্সি মওং অমা থেংনজবহু ফনা মুংঙাই-নিংঙাইনি। অম্নুম্না অরা-মুংঙাই পুম্না জহাজ তোংহুনা চৎপসি পুং মরিথোম ওইরমগনি।

ইংলণ্ডগী লমদা থুংলবা মতমদা অহিং ওইরি। অহুবু অমুক পম্থবা তৌদনা পোং-চৈ পুরগা রেলগাড়ী অমুক তোংখৎলে। রেলগাড়ী অহু বিজলীনা চেনবনি, মী য়াম্না চিল্লি, রুশিয়াগী রেলগাড়ী অহুগুম্না তৌদে, মোৎপস্নু মোৎলি, মীশিং অহু য়াম্না লাংই। ঐখোয়গী ভারতকী মতৌ হায়রপ মাল্লি, পোং পুহুনা চেন্নবা লাওন-খোৎনবা য়াওই। অহিং অহুমা রেলগাড়ী মন্নুংদা লেল্লে, নোং ঙাল্লকপা মতমদা লণ্ডনগী ভিটোরিয়া স্টেসন্দা থুংলে। রেলবে ষ্টেষন্দগী টেক্সি তোংহুনা ঐখোয়গী থুংফম Victoria Garden Hotel দা থুংলে। ঐখোয় ঐখোয়গী ঋাদা চংনরগা ইরুজ-মায়থজনরে অহুগা ময়ামগী চা-থকফমদা

থোক্লুনা চাব-থকপা তৌনরে। খঙজিনবদা নুংঙাইবা অমনা ঐখোয়না টেক্সী তোংডুনা চৎলিঙৈদা পুলিসনা wireless দা টেক্সি থৌরিবা অদুদা কদায়দা চৎলিবনো? কদায়দগীনো? মী করানো? গাড়ী নম্বর করানো? অসিনচিংবা ঙম্নমক হংলকই। লণ্ডনদা থুংলবা মতমদদি ঐখোয় ভারতবাসিশিংসে থোইনা ঙক্না য়েংনদে, কনানসু থৌশাবিদে। অমনা অমবু খঙনবা নক্লবগী মতৌ ঊবা ফংই। মরমদি লণ্ডনদদি ভারতকী মী য়াম্না লৈ, মখোয় অয়াম্বদি ইংলণ্ডগী নাগরিক ওাক্লনি। ভারতবাসিশিংনা ফম্বা দুকানশিং, হোটেলশিং মশিং নাইদনা লণ্ডনদা লৈ। অদুনা ভারত্তা চাবা ফংবা ভল, শাক, হৱাই, ঙম্নমক চাবা ফংলে, ঐখোয়সু ঐখোয়গী ইরমদা তৌবগুম্না ইনিংতৌনা চৎপা খোংপা ঙমলে। ইউরোপকী অতৈ লৈবাকশিংদদি লোল খঙনদবনা গাইডনা পুবিবা মফম নত্তুনা অতোপ্পা মফমদা চংতুনা য়েংলুবা অমদি পোং-চৈ লৈরু-খোৎলুবা ঙমদে। অদুবু লণ্ডনদদি চৎনিংবা মফমদা চৎতুনা চানিংবা চারুবা লৈনিংবা পোৎ লৈরুবা পুন্নমক ইশা ইশানা তৌজরে। মশা মশাগী ওইজবা নুমিৎ হুমনি লণ্ডনদা লৈনবগী প্রোগ্রাম শেম্লরে।

ভিটোরিয়া গার্ডেন হোটেলদগী মিনিট ১০ মুকী খোংচৎ অমা চৎলগা Lancester Gate Station ফংই। মফম অদুদগী Tube Train তোংলগা Shepherd Bush তা চৎনবগীদমক্তা ঐখোয় মী অহুম চৎমিন্নরে। টিকেত্ত মমল পেন্স ৪০ পি, টিকেট ককপগী মওংদি মেছিন্না অহুম তৌজৈ শেল ময়েক অদু

থাদরগা টিকেত অড় ঐখোয় ইশাখা লৌখৎচবনি। Shepherd Bush কী লম্‌দম অসি কৈথেল ইথেল কায়বগীদমক মমিং লৈবা মফমনি। পোৎ-চৈ য়াম্না য়োল্লি, ভারতবাসিশিংগী তুকানস্থ মশিং য়াম্না য়ামই, ঐখোয়না হৈনজবা চাক অচমবা ঙা থোংবা ফংবা হোটেল লৈ, মতুম্না ঐখোয় মরুওইনা চাক চায়বগীদমক্তা চৎলিবনি। Mark and Spencer Shopping Centre দগী cassette, ফুরিৎ, কম্বল অমস্থুং অকে-অমোগী পোৎ-চৈ খর ঐখোয় অহুমস্থ লৈনরে। পোৎ য়োনবগীদমক মী য়াম্না কমতুনা লৈরে, পোৎশিং থেনতুনা অতুম থমই, অপাম অপাম্বা খন্নরগা counter দা শেল থিরে। অদুগুম্বা পোৎয়োন মওং অদুদা মীশিংহ্ পোৎ-চৈ হুরান্নদবা মাল্লি, মথোয়দি পোৎ মচা মচাদদি কয়া চোপ্পদবা জাৎনি। ভারত্তা ওইরবদি পোৎ মচা-মশু য়াম্না মাংনগনি, কনানা খঙগনি ঐখোয়গী মরক্তা ফাওবা পোৎ য়েপ্পা য়াওরমবস্থ ময়ারি। মথংগা নুমিত্তস্থ ঐখোয় অহুম Lancester Gate তগী Tube Train তোংতুনা Shepherd Bush তা চাক চাবা চৎলে, ঐখোয়না চাখিংইবা চাক ইনশাং অড়গীদমক্তা চৎলিবনি, অথওবা অরাইবা মফম থিবনি। মীরম অদুদা শেল য়াম্না তিংথোকপস্থ য়াদ্রি য়াম্না তাংবা হোটেলকা চংলুবা য়াবা নত্তে। Shepherd Bush তগী Metropolitan line দগী Train তোংতুনা Baker sheet তানা চৎলে, ভারা পেন্স ৫০ নি। মফম অদুদা পৃথিবী ফাওরবা 'MADAME TUSSAUD'S' লৈ। মতু য়েংনবগীদমক্তা ঐখোয়স্থ চৎলিবনি।

MADAME TUSSAUD'S দা শেম-শারিবা Tableaux অসি তোপ তোপ্পা মওং অমনি ময়াই ওইবা যুগকী polychrome দা হকুনা শাবনি। Madame Tussaud না শোক ১৮২০ দগী হৌনা শেমখিবনি। ইতিহাসকা মরি লৈনবা নিংথৌশিং মুর্ত্তীশিং মরুওইনা Louis XVI অমসুং মহাক্কী ইমুং মনুংনা পুম্না চাক চাবগী শক্তমবু Madame Tussaud না য়াম্না পামজখি। হায়রিবা শক্তম কাংলুপ অদু শোক ১৮২১ দা অয়েকপা লাই য়েংলগা Madame Tussand না শাবা হৌখি, অদুগী মথংদা David না য়েকলম্বা ফাওরবা লাই 'Coronation of Napolean' দগী লৌথোকপা শক্তম শাখি। হৌজিকসু হায়রিবা অশাবা শক্তমশিংদু লেংদনা ফজনা লৈরি। Madame Tussaud না শেম-শাদুনা মপুন্সি কংথোকখিবদগী ঙসি ফাওবা মহাক্কী মমিং লৌদুনা MADAME TUSSAUD'S হায়দুনা পৃথিবীদা খুৎ-শা হৈবগী থোইদোকপা শক্তম অমা ওইনা লৈরি। ইতিহাসতা য়ুম্ফম ওইবা Sir Walter Scott না ইবা উপন্যাসতগী লৌথোরকপা অয়েকপা লাইশিংগী শক্তমাশিং কয়ামকুম শাদুনা থম্বা হৌরকখি। হায়রিবা শক্তমশিং অসি ময়াম্না য়াম্না পাম্নবা অমসুং শক্তি চেনবা মৎং মতৌ ওইরকখি। 'The Execution of Mary Queen of Scots অমসুং 'And when did you last see your father' গুম্বা অশাবা শক্তমশিং অদু য়েংবদা মীওইবগী বাখলবু ঙসি ফাওবদা তরংদা লৈহনবগুম তৌরি। হায়রিবা শক্তমশিং অসি

অহিংবনা করি তৌগনি অমসুং হৌজিক মতমগী চাওখৎলবা কলা বিজ্ঞানা মায়থিবা পিবা ওম্বগী বাকম লৈতে। MADAME TUSSAUD'S তা লৈরিবা ইতিহাসকী থৌদোক বাথোক্তা য়ুম্ফম ওইবা শক্তমশিং (Tableaux) অপুনবা শেম-শাবগী মপুং ওইবা থৌদাংদি John Theodore Tussaud (Madame Tussaud) গী শুথাংনা লৌরম্মী। ঙসি ফাওবদা মমেক শেংনা ময়ামদা উৎলিবা ইতিহাসকী ওইবা শক্তমশিংদি—, Alfred the Great in the Neatherd's Cottage,' 'Finding the body of Harold after the Battle of Hastings', 'The death of Nelson,' 'King John signing the Magna Carta. 'Edward I declaring his son Prince of Wales' অকাওবা অমসুং মিংশিংবদা নতিকচাবা শক্তমশিং থর মতুদি "The Execution of Mary Queen of Scots', The murder of the Princes in the Tower' and "The announcement to Queen Victoria of her Accession" অমসুং Sleeping Beauty the last Mistress of Louis XVI মতম কুইনা নৌহুনা লৈরি অমসুং লৈখিগনি। হৌজিকী মতমগী হেরোশিংগী শক্তমশিং হাপচিল্লকপা অদুনা MADAME TUSSAUD'S কী মগুন অমুক হেনগৎহল্লি। ঙসি য়ুম য়ুমগী লাই ওইনরিবা 'Elvis' না গিটর পায়দুনা ইশৈ শকলি। Elvis মশামকনি, করিদা থেৎনৈ হায়গনি, কনানসু থোইরুনা শাবা Elvis নি হায়বা

ভমলোই। অদুদসু নত্তনা পৃথিবী ফাওরবা শান্নরোই Bjorn Borg. Muhammad Ali অমসুং ফিলমষ্টার Sophia Loren নচিংবসু ময়ামবু ভায়হনা লৈবগী মওংনি। ফ্রান্সকী ফাওরবা নিংথৌরেল Louis-VI অমসুং মহাক্কী মহারানী Marie Antoinette, Dauphin অমসুং Madame Royal না লৈতেংলবা ফ্রেন্সকী চীংকেম্নবা লোইশং অদুসু MADAME TUSSAUD'S কী অথোইবা শক্তম অমনি। হৌজিক লৈরিবা GRAND HALL অসি ১৯৭২ দা Madame Tussaud মশামকনা শেমলম্বা মুর্তিশিং অদু কায়হন্দনা অমুক মোহৌনা শেমদোকখি। নিংথিজনা লৈতেংলবা লৈমাইথক্তা থোইদোক্লা লৈতেংলবা ফিজোল ফজমা শেৎলবা মূর্তিশিংদো লৈমাইদা মমিৎ অদু চীংলেম্না য়েংলদুনা লেপ্তুনা লৈরি। MADAME TUSSAUD'S কী মুর্তিশিংনা ঐখোয়দা ফংজমদবা রাথল অমদি মিৎয়েং অমা পিরি। মতুদি ঐখোয়না মী অহিংবা মশাদা উজবদা ব্রারগদবা মতৌশিং মিৎকা মিৎকা চানবা, মনাক্তা নক্লা চংজবা, মশাগা হকথেংনজবা, মমিৎকী মচু, মশম-মনাগী খোৎ-মেংবা, মখোং মখুৎকী মওং মতৌ ভম্নক মিৎ পেননা য়েংজবা ফংই। পৃথিবীগী অফাওবা মীওইশিং General de Gaulle, Winston Churchill, J.F. Kennedy, F.D. Roosevelt, G. Washington, J. Carter, D.D. Eisenhower, A. Lincoln, Mao Tse Tung, Lenin, David Ben Gusion, Pope John Paul II, Jawaharlal Nehru, Mahatama Gandhi, Margaret Thatcher

পুন্নমক মিংকা মিংকা মায়য়োক্নবগী মুংঙাইবদো ফংবা ঙমই। মংদা ফাওবা উগনি খল্লব্রবা অকাওবা লাইরিক ইবা অমস্তুং কলাকার কয়া অমস্তু লৈরি। মখোয়দি William Shakespeare, Charles Dickens, Sir Walter Scots, Pablo Picasso, Hans Christian Anderson. নিংথৌরেল ময়াম অমস্তু লৈরি William I দগীনা হৌজিক ঙকৈরিবা Elizabeth II ফাওবগী অশাবা মুর্তিশিংস্তু অহিংবগা থেন্নবা পুখোকপা রাগমি। Elizabeth মহারানী অমস্তুং মাগী ইমুং মনুংগী মচাশিং Duke of Edinburgh য়াওনা MADAME TUSSAUD'S তা উম্নরকই হায়বদা মিংয়েং অমস্তুং রাখলদা থোইমা লান্দে হায়না লৌনিংই। মুর্তিশিং অতুদা নত্তমা মখোয়না মতম মতমগী ওইবা ফিজেৎ শেংলিবা অতু য়েংবদা অমদি খঙবদা পুক্নিং হরাওবা মুংঙাইবা পোকই। মতুগীস্তু মথক্তা মতম মতমগী নিংথৌরোলশিংগী চৎন-লোনচৎ কয়া উবা ফংই। মমিংদা তাবদা মুংঙাইজরগা Napoleon Bonaparte অতু ঙসিদি MADAME TUSSAUD'S চীংলেম্না লেপ্পুনা লৈরে।

MADAME TUSSAUD'S কা মথক মখা লৈবা শংনি। Chamber of Horrors হায়দুনা অকি অখুংগী মুর্তিতনা থনবা কা অমস্তু লৈরি। মতুদা হেক চংবদা অকিবা পোকই, অকি অখংগী খোঙ্গেলস্তু তাহল্লি। মসিগী chamber অসি শেমখিবসি French Revolution গী মতমদা ঙমথিনা হাংখিবা

মীহাৎ মীপুনগী মকোকশিং অদুগী নমুনা লৌরগা শাখিবনি। Louis XVI অমসুং Marie Antoinette, Marat, Carrier অমসুং Hebert কী নমুনা হৌজিকসু লৈরি। George III বু হাংনবগী লৌতুনখিবা Colonel Despard কী মুর্তি লৈরি। হৌজিক মতমগী অফাও অফাওবা ডাকু মীহাৎপা Burke অমসুং Hare গী নমুনাসু লৈরি। Madame Tussaud না অসিগুম্বা মরাল লৈবা মীওইশিংগী অশেংবা অশিবা মশাদগী নমুনা লৌদুনা খোইরুগী মূর্তিশিং শাখিবনি, ফোটো য়েংলগা শাবা নত্তে। মীহাৎপশিংদুনা শিজিন্নরম্বা পোৎ-চৈ ফাওবা লৈরগা মফম অদুদা ময়েক হেন্না শেংনবা থমলিবনি। The Battle of Trafalgar হায়দুনা বৃটিশ ইতিহাসতা ফাওরিবা লানকম অদুগী নমুনাসু MADAME TUSSAUD'S কী চাওরবা য়ুম অদুগী মরোল অমা থুংনা কনদুনা লৈরি। থোনা ফরবা ঈশিং লান্মীগী লুচিংবা Nelson গী মুর্তি, জহাজ, লান্মী ময়াম, ঈশিংগী ইথক, লানগী নিল-খোংবা ঙম্নমক হৌজিক্তুমক থোকপদোনা তৌরি। লান্মীশিংনা মরৈবাকীদমক লান শোক্লবগী ইরাং, লানগী মৈখু, ইনিল, অমসুং অবাবগী হুমাং পুম্নমক উবা ফংই। অমসুং অমরোমদা থোনা লৈরবা মথো মশক খঙবা Nelson না শিখিবদা অবাবা অমসুং নুংঙাইতবগী অচিকপা মতৌদো অউবা মী থুদিংমকী পুক্নিংদা থুক লাওবা ফাওনরি।

অসিগুম্বা শিংথানিংঙাই ওইবা পৃথিবীদা লৈরিবা মীওইবা জাতিদা অচৌবা খুদোল অমা পীবিরমইবী Madame

Tussaud পু ইকায় খুম্নজৈ অমসুং মহাকপু পুক্লিং হকচাং য়াওনা থাগৎচৈ। অদুনা মহাক্কী মরমদা ৱাহৈ অমা অনিদং হাপচরি। ফ্রেন্স মিস্তোল Madame Tussaud ফ্রান্স লৈবাক্কী Alsace জিলাগী Strasbourg দা শোক ১৭৬১ দা পোকখি। মহাক লাম্মী অমগী মচানুপীনি, মা পোকত্রিঙৈদা মপা শিখ্রে অদুনা লুপ্রাবী মমানা Berne লমদমগী ডাক্তর Philippe Curtius কী য়ুমশংবী অমা ওইনা থবক তৌখি। ডাক্তর Curtius মহাক্কী ডাক্তর ওইবগী থবক থাদোক্লুনা খোইরু (wax) গী নমুনা (model) শাবগী থবক তৌখি। Madame Tussaud কী অহানবা মমিং Marie Grosholtz কৌরম্মী। শোক ১৭৬৭ তা Marie অসি পেরিসতা লৈবা খোইরুনা মুর্ত্তি শাবগী থবক তৌবা মখুৱাগী মতেং পাংলম্মী। অদুনা শিকলিঙৈদগী হৌনা খোইরুনা মীগী শকুম শাবা হৈরকখি। শোক ১৭৭৮ দা Marie না ফ্রান্সকী ফাওরবা দর্শনীক অমসুং শিক্ষক Voltarie অমসুং Rousseau কী নমুনা (model) শাবা ঙমখি। চহি অনিগী মতুংদা মহাক লুইস- ৬ (Louis-XVI) গী মচনুপী Madame Elizabeth কী কলা (art) কী ওজা ওইখি অমসুং ফ্রেন্স রিভোলুসন থোকলমদাই শোক ১৭৮৯ ফাওবা মফম অদুদা লৈখি। ফ্রেন্স রিভোলুসনগী মতমদা ডাক্তর Curtius না Marie বু মহাক্কী থবক্তা মতেং পাংহনখি। Curtius না লান্থো (Revolution) দা তমথিমা হাৎখিবা মীওইশিংগী

মকোক্কী ময়ুনা (model) শাবদা Marie না অচৌবা থৌদাং লৌখি। অতুগুম্বা রিভোলুসনগী নমুনাশিং অহু পার্সিশিংনা য়াম্না পান্নরম্মী অমস্যুং থাগৎনরম্মী। মতম অতুগী খ্বাইদগী তমথিরবা ফ্রেন্স রিভোলুসনগী মতৌ মওং তাকপা Marie গী থবকশিং ঙসি চহি ২০০ হেল্লবা ফাওবদা MADAME TUSSAUD'S তা কুইরবা মতমগী থৌদোকপু হৌজিক্কীগা য়াম্না নকশিন্না উংলি। শাথিনা শুগাইরগা Louis XIV, Marie Antoinette, Herbert, Carrier অমস্যুং Fouquir Tinville গী মকোকশিং অহু উবদা অকিবা অমদি তুজুংবা পোকলি। শোক ১৭৯৪ দা ডাক্তর Curtius না শিরবদা মহাক্কী লম অমস্যুং নমুনা শেম শাবশিংদো ঙম্নক Marie দা আইনম্বা য়াবা মওং পিরমলে। মতম অতুদা Marie না Francois Tussaud কা লুহোংলম্মী অমস্যুং মচানুপা অনি পোকখি। শোক ১৮০২ নেপোলিয়নগী লাল হৌরকলবদা Marie গী থবক মরাই চাইথরম্মী অমস্যুং চহি নিফু শুরবী Madame Tussaud ইংলণ্ডগীদমক্তা ফ্রান্স থাদোকখিরম্মী।

Madame Tussaud না ইংলণ্ডদা লাকপা মতমদা মুর্ত্তি ৩০ খক লোয়নরকখি। মহাক্না চহি ৩০ য়োম্বদি মুর্ত্তিশিং অহু ব্রিটিশ লমদমগী মরু ওইবা সহরশিংদা মফম অমদগী অমদা কোয়না চৎতুনা উংপা থোৎপগী মওংদা চৎথরম্মী। অরাবা অতুক্কী মতিক থেংনরিবমথৈ Madame Tussaud তি শক্তি হেনগৎপা মীওই অমা শোইদনা ওইরমগনি। মহাক্কী

মচাম্নুপা অমথকনা মতেং খর পাংবা মন্তবা মীয়াই চন্নবী ফ্রেন্স মুপী অদু মতোমতনা মখোয়গী ইমুংগী ওইবা হিংনবগী থবক পায়খৎলম্মী। কী অহল ওইরক্লবদা Charles Dicken's ALL THE YEAR ROUND' হায়বা লাইরিক্কী শক্তম ময়াম-শিংদুনা Madame Tussaud পু থবক চিলহল্লম্মী। অস্নুন্না শেল-থুম তালশিনবা হৌখি। Madame Tussaud মপৌমা লৈবা, থবক থনাদা হৈশিংবা, অচুম-অরান মশক থঙবা অমস্নুং হিরম খুদিংমক্তা কুপশিন্না উশিনবা ঙমবা মীশকনি। মফম অমস্নুং মতমগস্নু চুশিন্ননা থবক ফজনা পাংথোকপা ঙম্না মীওই অমস্নুনি। অদুনা থুনমক ইংলিস নিংথৌগী ইমুং মনুংগী মীওইশিংগা চান্নরম্মী অমস্নুং মহাক্কী মুর্ত্তিগী মেলাদা ইংলিসকী মুর্ত্তিশিং য়াওরকখি। মহাক্কী থবক অদু অস্নুম অস্নুম চাওখৎলক্তুনা মীয়াম্না পান্নবা অমা ওইরদুনা হৌজিক্কী লণ্ডনগী Baker street তা শোক ১৮৩০ দা Madame Tussaud কী মুর্ত্তীশিং অদু তং তানা থুংলখি। Madame Tussaud কী মতিক মগুন খাইনা খঙনরকখি অমস্নুং মহাক্কী মতম শাংনা রাজত্বকলবা থবক্কী মল অদু উবা ফংজখি। Madame Tussaud নোমজমনগী মহৈ চারবা মতুংদা পুন্সি মপুংফানা হিংলগা শোক ১৮৫০ গী এপ্রিল তাং ১৫ মশাগী চহি ৮৯ শুবদা ঈশ্বরগী খুয়া ভামখি। নোম্বা তনদবা মীদি লাইনা চাল্লি, মশানা মশাগী মতেং পাংজবা মীদি লাইগীস্নু মতেং ফংই হায়বা বাফমদো Madame Tussaud কী পুন্সিনা ময়েক শেংনা উৎলি। হৌজিক্তি Madame Tussaud পৃথিবীগী

মীওইবা জাত্তিনা মারীনবা মীশক অমা ওইরে; Madame Tussaud MADAME TUSSAUD'S ওইরে। লাইবক করনা মহাক্কী মচা-মগুশিংনা Madame Tussaud না; য়াংহৌবশিং মেনখৎলি অতুগা মতম মতমগী অনৌবশিংস্তু হাপচিন্দুনা MADAME TUSSAUD'S কী মতিক মগুন হেনগৎহল্লি। পৃথিবীগী লৈবাক পুম্নমক্তগী মী লাক্ষ-লাক্ষ য়েংবা লাকই। হৌজিক্তি MADAME TUSSAUD'S জাত্তিগী নিংশিং খুদমনি, তাইবং মীওইবগী শিংথানরবা লেংদ্রবা লল ওইরে। উৎথোকপা হৈবা হায়বসিস্তু মীওইবগী অথোইবা গুণ অমনি হায়বতু তাক্লি।

লণ্ডনদা সুমিং ছুমনি লৈবা অতু থোইদোকপা প্রোগ্রাম শেমত্রে-কৈথেল কাবা অমস্তুং কোয়বনা মপুং ওইনা তৌরে। ঐখোয়না মরুওইবা চৎলকপা কৈথেলদি John Lewis, Marks and Spencer অমসুং Oxford Circus তনি। লণ্ডনগী অফা ওবা মফমশিং কুপ্পা ময়ুং তানা য়েংনবা থৌরাং লৈতবনা চাওরাকপন্তদমক য়েংলকখি। ঐখোয়না উরকপশিংগী মনুংদা Westminster Abbey, Buckingham Palace অমসুং Changing of the Guard, St. Paul's Cathedral, Towerof London, Tower Bridge নি। মফমশিং অসি ইতিহাসকা মরি লৈনৈ অমসুং অতুগুম্বা মরি অতুগীদমক মরুওইবগুম তৌই। ইংলিসকী মীশিংনা মখোয়গী ইতিহাস অমসুং চৎনবীবু য়াম্না ইকায় খুম্নবা তৌনৈ। মখোয়গীদি নিংথৌ মহারাণী অসি

লাইগুম্না খন্নে। মরম অহুনা ঙসি ফাওবদা Buckingham Palace তা নিংথৌ মহারাণী অমস্তুং অঙম অখোশিং ইফায় খুন্নবা উৎপগী খোরম ওইনা Changing of the Guard হায়বসি পাংথোকলি! অসিগুম্না থৌঙং অসি পৃথিবীগী অতোপ্পা লৈবাক অমতদা তৌনবা নত্তে, মসি তোপ তোপ্পা ইংলিসকী চৎনবীনি। Westminster Abbey অসি মীরোল কয়াদগী হৌনা নিংথৌ-অমস্তুং মহারাণীনা সিংহাসন কাবগী থৌরম পাংথোকফমনি অমস্তুং নিংথৌ মহারাণীশিং, কবিশিং অমস্তুং অফাওবা মীশকশিংগী পুন্সি লোয়রবদাপোথাফমনি ( ফুমফমনি ) St. Pauls' Cathedral পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী চাওবা অনিশুবা গীর্জানি। লাইনিংফমগী চিংলেম্বা মতৌ অমস্তুং কলাবিদ্যাগী হৈশিংবগী মওং উবা ফংই।

Tower of London অসি ব্রিটিশ ইতিহাসতা মমিং লৈরবা নিংথৌরেল William the Conqueror গী মতমদগী হৌনা লৈরকলবনি। মহুদা ৱারী ওইনা লিনরবা Ravens, Beefeaters, Traitors Gate অমস্তুং Tower Green লৈরি। Tower Green দা নিংথৌমচাশিং হাৎখিবগী মফমনি। Crown Jewels তি ময়ামদা ম্রেংহনখিদ্রে ভারতগী পুখিবা Kohinoor Diamond অহু মফম অহুদা লৈ হায়না হায়। Tower Bridge লণ্ডনগী টেমস তুরেলগী মথক্তা শাবনি। থোং মথক্তা গাড়ী অমস্তুং মী চৎথোক চৎশিন তৌবা অহুগা মখাদগী ঈশিংদা জহাজ লানবা নিংখিজরবা থোংনি।

জহাজ লাল্লমদাইদা থোং অতু ময়াইদগী নাকন নাকন্দা মত্তোমদা হায়গত্কুনা লৈ। অতুগা জহাজ লাম্থোকখ্রবা মতুংদা হান্নগী মওং অতুদা অমুক হনজিল্লি। লণ্ডনগী থোইদোক্পা ফজবা মফম অতৈদি য়েংনবা তাঙ্গা লৈতবনা ঐখোয়গী কাংবুদো হান্নগুম্না পোৎচৈ য়োমশিন্নরগা ট্রেন অমস্তুং জহাজ তোংদুনা পেরিসরোমদা অমুক হল্লকখি। মুমিদাং পুং ১১ তাবদা ফ্রান্সকী হিথাংফম Dunkerque তা থুংলে। মুমিদাং অতুমদি মফম অতুদা ঐখোয় ময়াম রারী শাদুনা ঈশৈ শক্তুম লেল্লে। অস্তুম্না অরাবা কয়া কাওথোক্তুনা ময়াম পুনবগী নুংঙাইনা লেম্থোকপা পুন্সি মথল অমগী চাংয়েংস্তু লমকোয়বা চৎপদা থেংনৈ। মীরমদা কোয়বা চৎপা হায়বসিবক্তবু অরাবা নুংঙাই অনিমক ইরোইননা চংমিন্নৈ। শেল পায়রবদি মীশিংসে অমগা অমগা শাওনবা মশানা তাজবনি। অতুনা লম কোয়বগী খোংচৎনা লোইশিল্লকপগা লোয়ননা মহৈ মহৈ শেলস্তু লোইশিন্নরকপা মতাংদ্বি। রাথরকপগা শেল লৈরক্তবগা পুনতুনা খংনবা শাওনবা য়াওরকই। মথংগী নুমিৎকী অমুক পুং ৪ তাবা মতমদা ঐখোয়গী বস অতু লাক্লে। মতম অতুদা মপাল থোকরক-পদি উম্না নোংচুবগুম তারকলে, খোং থাংবা য়াদ্রে উম্না খুজেং য়োরে। অতুবু চৎতবা য়াদবনা চৎমরে বসতা কাখৎনরে অতুগা পেরিস Airport তম্না গাড়ীদো পৌজিল্লে। নুমিৎচুপ্পা অতুমক্তু Airport তা লৈরে। Duty Free shop তগী পোৎ চৈ লৈনরে চাকস্তু চানরে। নুমিদাং পুং ৫ তাবদা Air India গী 'Jet' plane তোংদুনা দিল্লিগীদমক থোংশাল্লকলে প্লেন অতু মী

১৪/১৫ গী ফমফম পরেং অহুম খোক্না মথং মথং থাই, মনুংদা অকে-অমৌ অমস্থং অচা-অথক য়োনবা ভুকাম য়াওই Video Cinema সু য়েংনৈ, মুমিদাং চাক-থক্রবা পুম্নমক পি। দিল্লিগী Palam Airport য়ৌবদা পুং ৭ই চংই। মখোয়গী মতম মুমিদাং পুং ৫ দা প্লেন তোংলকপনা Palam Airport তা থুংবা মতমদা ভারতকী মতমদা অয়ুক্কী পুং ১১ তারে। ঐখোয় হেক থুংলবগা Custom গী মীনা পোংচৈ চেক তৌরে। অদুক হাক্না কুপনা থিদ্রে। য়াম্না থুনা Airport তগী মপাল থোরক্লুনা টেক্সি তোংহুনা ঐগী থুংফম Sri Aurobindo Ashram দা চংলে। অম্নুম তৌহুনা মীরম চংলুবগী অৱাবা অমস্থং মুংঙাইবা অনিমক পুম্না ইরৈবাক য়ৌরকপদা মাংখিবগুম তৌই।

মুমিং নিনি দিল্লিদা লৈরগা 'Tinshukia Mail' তোংহুনা পোক্নফম ইরমদম ইম্ফাল তমলকখি। ভারতকী ষ্টেটশিং ইউ, পি, বিহার, বেঙ্গল, অসাম, নাগালেণ্ড মথং মথং লাম্থোরক্লুনা ডিমাপুর-দা থুংলে, মথংগী মুমিত্তা বস তোংহুনা নাগালেণ্ডগী চীংমু, মনিপুরগী চীংমুং লাম্থোক্নগা ইম্ফাল তম্পাক য়ৌরকলে। য়ুম হেক য়ৌবদা স্বর অসি খর শাংনা হেক হোংদোকপগুম তৌই। মীগী লমনা ফনা মুংঙাইজবস্ ইয়ুম ইরমদমবু হেনবসি খরদি তাংবা জাৎনি। য়ুমদগী হেনবা মফম অমা সংসারদা লৈত্রে। য়ুমগী নুংঙাইবা খঙগে হায়রবদি মতম খরদং ওইরবস্ য়ুম থাদোক্লুনা চংথোক্লুরগা অমুক হঙ্গিল্লকপা মতমদা থম্মোইদা ওন্থোকপা মখলগী মুংঙাইবা অমা ফাওই। অদুগুম্বা মুংঙাইবা

অহু ফোংদোক্লবগী ব্রাহৈ থিবা ফংলোই। অতুগুমদনা ইরৈবাক নুংশিবগী ব্রাখলসু মীরৈবাকী ব্রাখল থম্লুরগা হেন্না নুংশিবা হেল্লি ইরৈবাকী মতিক মগুনদি মীরৈবাক্কা মিংশেল ওইনা থাতুনা য়েংলবত্তদা খঙবনি। অমরোমদা অমুক ইরমদমদা খর কুইনা লৈরক্লবা মতমদা মীরমবু নিংশিংলকই। নিংশিংলকপগী নুংঙাইবা লৈ। খুদক খুদক্তা উরুবা তাক্লবা অহুদি শেংদোক্তবা স্নাদা অনোৎ অকায় কয়ামরুম পকপ্‌গুম কাম্রদবা পোৎচং কম্নাসু স্নাওই। মতম কুইরগা নিংশিংলকপদি মৈ ইক্লব স্নাগুম মচু শেংই মচং ওইবা ব্রাকমদমক লৈহৌই। মহুনা অশেংবা শওম ওইফম থোকই। মীওইবগী নিংশিংবগী শক্তি অঙকপনি। নিংশিংববু লৈরমত্রবদি মীওইবগী অব্রা নুংঙাই লৈরমলোই। নিংশিংবনা পোৎকী মগুন হাপই, পুন্সিগী অর্থ লৈহল্লি। নিংশিংবা লৈরমত্রবদি মী অমগা অমগা মরি লৈনরমদবা য়াই। নিংশিংবনা মীওইবগী ব্রাখল পূক্লিং নৌহল্ল। মীরমবু নিংশিংলুবদা চহি খরগী মমাংদা উখিবা তাখিব-শিংদো ব্রাখলগী মিংশেলদা মমি শেংনা তাররি। অতুম্না নিংশিংলি ঙসিসু মীরমগী ফজবা অমম্নুং নিংথিজবু থমজরি ময়ামগী মাংদা নিংশিং মিংশেলদো।

